# অঙকপা মঙলান

ইজবা—

শেরাম মদন মোহন সিংহ

শ্রীদুর্গা প্রেস, শিলচর-১

ফোংজবী :—

শেরাম ওংবী ইন্দিরা দেবী ।

মনিপুরী লৈকাই, ইটখলা । শিলচর-১

নম্বা :— শ্রীধীরাজ চৌধুরী

শ্রীদুর্গা প্রেস্ ।

ঢাকাই পট্টি শিলচব-১

অহানবা ফোংবা—

সেপ্তেম্বর তাং



শ্রীকৃষ্ণ জন্মাষ্টমী

কোপী মশিং—১০০০

ফংফম—

ইমোং লাইব্রেরী

শ্মশান রোড্ শিলচর-৫

লোয়নবা অতৈ অতৈ লাইরিক য়োনফম্ শিংদা ।

---

স্বত্ব পুস্তক অইবগীনি । মমল-লুপা-৪·০



লাইরৈবাক্কগী বাজী, তাচৌ ১ম্বুং
তাতোন্ না উরগা
পেনবা ওইসনু।

# ৱাহৈ অনিদং

শেরাম মদনমোহন সিংহনা লেংবা 'অঙকপা মঙলান"
হায়বা লাইরিক মচাশিংগী শরুক খরনং পাজরে।
মসিগী মরমদা Comments পীবা ভারবদি ইহান
ছানবদা ঐনা হায়জ নিংঙি ঐ ইশা সাহিত্যিক নচ্চদে।
সাহিত্য পামজবদগি সাহিত্যিক শিংগী মতুং ইনজে।
অহুনা ঐনা পীবা Comments কী মমল কয়া লৈকম
থোক্কে। অহুম ওইরবস্তু অসিমতংদি হায়জনিংঙি,
কাছাড়দা মৈতৈলোন্দ লাইরিক লেংবা শিঙগী মশিং
য়ামদ্রি। অহুনা কাছাড়দা মৈতৈলোন্দ লাইরিক
পুথোরকপা পুম্নমক্পু থোগৎপা য়াম্ন দরকাররনি।
মৈতৈলোন্দ লাইবিক অতৈস্তু পুথোক্ পিরকনবা নহা-
রোন্দা ঐনা হায়জরি।

হেন্দোক্ থোইদোক্না বা অমতংগা মতাংসিদা
হায়জনিংঙি। ঐথোয়গী মরক্তা হৌজিক লমচৎ
শাজত্তা মবাই চাইথবক্লিবসে য়াম্ন পুক্লিং শোক্পগা
লোয়ননা ওডায়জদে। হিবমসিদা (মৈতৈলোন্দ) লাই-
রিক লেংবা কয়া উজদ্রি।
হিরমশিংদা নহাবোম্না থরায় য়াওশিনবিরবদি নুঙায়-
জনি অমস্তুং Formatioa of moral Chirector গী
মরমদা লাইরিক থরা ফোংবিরবদি নুঙায়জগনি।

পুক্লিং শেংনা
শ্রী ই, চন্দ্রসিংহ
বানীপাড়া, শিলচর-১

শিলচর
২৮।৮।৭০ ইং

# ৱাহৈ অনিদং

ড্ৰামাগী মায়কৈদা শোংখহৌরিবা আসামগী নাট্য সাহিত্যগী জগত্তা মমারোলবু নুংশিজবা ইবুংঙো শেরাম মদন মোহন সিংহগী খুদোল "অঙকপা মঙলান" থাগৎ নিঙায়নি। ড্ৰামা ইবগী টেকনিক্তা ইনৌ নৌবা কয়া অমত্তা উদ্ৰবদ্ম থিম খনগৎপদা অমদি মীওইবগী মরূওইবা অনুভূতি কয়াগী ডেলিনিয়েশন্দা থম্মোয় হুবা ঙম্মী। মথৎলেনগী মঙ্গোলগী দমক্তা হেমলতাগী তাপ অমদি সংযম্না অপাবগী মীৎলুদা ঈরা চেলহল্লি। এনা আশা তৌজে ইবুংঙো মদনগী অহাম্বা খুদোল অসিগী অরাৎপা পুন্সমক মতমগী মিৎয়েংদা অমদি হোৎনবগী মহৈদা মেনখংখিনি। নহা ওইরিবা লেখকনি। শেরামগী ইবুংঙোদি মমাগোলবু নুংশিজবনি। মহাক্কী কলম্ন সাহিত্য গী জেনর অসিদা মচং ওইবা খুদোল কয়া থোরকখিনি থাজে।

খৈর উদ্দিন চৌধুরী
শিলচর-১

তাং ২৯৮।৮০ ইং

# ৱাহৈ অনিদং

শেরাম মদন মোহন সিংহ লৈখিত্রবা ঐগী মকপ শেবাম রাধা-মোহনগী মনাওনি। ঐগোয়গী ইরক্তা ড্রামাগী লেখক অমা ওইনা নৌনা ফংবসিদা ঐগী থরাইদা ভুঙাইবা অমা ফাউরকই। অনৌবা লেখক অমা ওইনা চেনব অশেংবা কয়া মহাক্কী থুংহসিদা য়াউই। কবিগুম্বা Tense Situation অমা শেমগৎপন চরিত্রগী মমিংতগী মপী থংতা— তাহনবা য়াওই। মসি হুম্বেং ড্রামা ওইনা উৎলকপদা ভাবোক্কী পুক্লিংদা তন্থবা পোকহনগনি। অহুমকপু মীতৈ সমাজকী চাউখৎপা ইমুংশিংগী সমস্যা থরদি ময়েক শেংনা উংনবা ঙাক্করি। লৈশাং তমলকপা লৈরাংগুম্ন লাইরিকসিংগী মমল মনিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাসতা লৈগনি।

তাং ৩০।৮।৮০ইং

শ্রীব্রজেশ্বর সিংহ
শিলচর

# ৱাহৌদোক্

ঐদি লাইরিক ইবা হৈজদে। লাইরিক ইব মী অমম্তু নস্চদে। খ্ৱায়না লাইরিক ইবা উবগা ঐগীম্তু ইনিংবা অমা পোক্খি। অহুবু ইবদি শুকভম ভমখিদে। করম্ন ইশিগে, করি হায়না ইশিগে খনবদা লামবা ফংখিদে। অম্তুম্ন থল্লিংভদা নোংমদি ইশঙ খঙহৌদনা অল ইণ্ডিয়া রেডিও, শিলচর সেণ্টারদগী চেজেং অমা ফংজখি। করিনোমা হায়রক্লে খন্দুনা চেজেং অদো হাথু হাথু হাঙদোক্লুবদদি ড্রামা শান্নবিষ্ট হায়বগী বার্তোন ওইরম্লে। হবাও মনথুহনা চেজেং অদো পাইরগা প্রোগ্রাম এক্সুকিউটিভ অফিসার তামো কালাচান্দগা উন্নজরুই অহগা হংজরুই।

"তামো ড্রামা অসিবু করম্ব মওংগী ওইগদৌরিবনো? ৱাহং শোয়খিবনা পাউখুমবিবকই "ইবুঙোনা অপাম্ব ওমক"। ঐগী ৱাহংসে শোয়খে হাযবদি দৃশ্য কয়ামুক উংপা তাবা? "দৃশ্যদি ইবুংঙোগীনি অহগা মতমনা মিঃ ২৫ গী মঙংদা ওইগদৌবনি। মহুদগী সাজেশন্ খরা পাম্নগী মবম্ন হঙজরুই করম্ব লাইরিক ওইরগা ফগদগে তামো"? হাক্পিরকই "ইবুংঙোখোয় লন্নাই ইবা ড্রামা ওইগদৌবনি।"

মতমহুদা লৌৱাই লেম্ফু শাংখি।

'ঐদি লাইরিক অমত্তম্তু ইদনা করম্ন ... ?"

"ৱাইব্রা করিনোমা তৌরো ইবুংঙো।" অঙোপ্প ৱারী

থরা শান্নরগ ঐস্ন চৎলগে হায়রন্নগা থোরক্লে। মপান থোরকপা মতমদা কোক, অসে খঙলুম লূমথখী ; অতুগা থনখি করিনো ঐনা ইগদৌ্বিবসে ?

মথোন অনি বাংবা বিলডিং অতুদগী কুমথরগ শোরোক য়ৌব-কখি। খোঙঅসে থাংকম খঙখিদে। কোক অসে হাইগৎকে ঙম-খিদে। তুং-মাঙ, এই-য়েং গাড়ী রিক্সোনা চিংবা পংচেনতা চেন্নী, ঐস্ন পংচক্না চৎলি। খল্লি মীঙোন্দ ড্রামা অমতং ইবিউ হায়জরুবা।

যুম য়ৌখিবা খঙহৌদে অমুক্না খল্লি অসিবু মঙবা ? কনা-দনো ড্রামা অমত্তং ইবিয়ু হায়জকগদবা। খল্লি মসিকান্নদে। ফবা খঙদে কত্তবা খঙদে অমা হেক ইথোক্লগা লোয়্নবে। চেনবা য়্নাদ্র-তুনা কলম পাইখৎলগা অহান্বমক্তদা মীংথোন জখি "অঙকপা মঙ-লান।" ড্রামাসে ইথোক্পগী মতুংদা বেড়িঙদা শান্নজরে। মীগী থাগংব্রাহৈ অম অনিনা অতৈম কল্লক্পা হেলহনখি। অহগা লাইরিক মপুং ফাহনহনা ফোংবগী মীহৌবা অমস্ন পোক্খি।

লাইরিক অসে পাবিরিবা শিঙগী মফমদা কয়া য়ান্ন পেলহন দগে হায়বসে পাবিরিবা শিঙনা খঙি।

অদোমগী
অইবা

## লাইরিক অসিগী মরিদা

লাইরিক অসিদা য়াঙবা রেলবেষ্টেশন, ফ্রিজ রেস্তোরেন্ট ১নং হেমলতা ম্যামোরিয়েল ক্যান্সার ইন্সটিটিউট ইম্ফাল হায়না ভাবনা পূবা মচাক থরা য়াঙহনজখে। পাবিরিবা শিঙনা অসিগুম্ব

অসিবু লাম্না লৌবিদনবা নোঙ্ল্কচরি । লোয়ননা প্রেসকী থুদোং চাদবা থরা লৈবনা অশোয় অঙাম খুদিংমক ঙাক্পিগনি নিংজৈ ।

শেরাম মদন মোহন
ইটখলা
শিলচর-১

# ঃ শক্তম ঃ

নুপা

| | | |
|---|---|---|
| ১। | বলদেব— | প্রকাশকী মপা। |
| ২। | ডাঃ তোম্ব– | M.B.B.S |
| ৩। | অনন্ত — | Retired Army cap'ain |
| ৪। | প্রকাশ — | ( বলদেবকী মচা নিপা M SC ) |
| ৫। | ইবোতোন— | প্রকাশকী মরূপ পুলিশ ইন্সপেক্টর। |
| ৬। | হেলথ মিনিষ্টর— | |
| ৭। | নিপা অমা— | |

নুপী

| | | |
|---|---|---|
| ১। | মোহিনী — | বলদেবকী নুপি। |
| ২। | আনন্দী — | বলদেবগী মচানুপী |
| ৩। | হেমলতা | অনন্তগী মচানুপি |
| ৪। | প্রোমিলা | লেঃ ডাঃ। |

---

# অঙকপা মঙলান

## ঃ অহান্ব অঙ্ক ঃ

[ অহানবা উৎপা ]

মতম অযুক মফম । প্রকাশকী য়ুম
[ প্রকাশ মহাক্কী কা-দগী ইথং থংহৌদনা লাউবকই ]

প্রকাশ : নত্তে মসি ওইথোক্তবনি, ওইথোক্তবনি ।
( মোহিনি অমদি আনন্দী কা অতুদা চেনশিনল্লকই )

মোহিনি : প্রকাশ করি তৌরে ইবুঙো ? নহাক্ত অচুক কন্না লাউরকলিবদি ।

প্রকাশ : করিস্থু নত্তে ইমা । ইমা পাবুংদি কদায় চংখে ?

মোহিনি : নংগী পাবুং ডাঃ তোম্বনা ওহাক্ত লাকতবা য়াদে হায়দুনা চথোকখী । হস্পিতললকপগী মতমদি য়ৌবে ।

আনন্দী : কবি তৌবে ত.মো, নহাক হকচাং মুডায়ত্তবরা ?

প্রকাশ : আনন্দী নংগী কাদা চংতুনা ভুমিন্না লাইবিক পাদুনা লৈকচো চংলু । ( মোহিনিবোমদা ) পাবুংদা হায়বিয়ু ইমা, ঐ কুমশি এম, এস, সি থাররোয় হায়না ।

মোহিনি : নত্তে, মবমবু করিগীনো ? নংনা কুমশি এম, এস সি থারবোয় হায়বদি । য়েংঙ, প্রকাশ, নংগী পাবুংনা মুমীং চুপ্পা নংবুতা লাইশোন ওইদুনা লৈরিবনি । চাম্বে

প্রকাশ. চংলে প্রকাশ, পোত্থারে প্রকাশ। অদুবু নহাক, নংগী পাবুংগী বা অমতা থৌশাদে।

প্রকাশ : পাবুংবু ঐ থৌশাদবা তৌদে ইমা, ঐ থংঙী সংসার অসিদা পাবুং ইমা নংনা ঐগী কনা অমতা লৈত্তে হায়রবদো অদুম ওইনথক......।

মোহিনি : অতুম ওইনমক করি তৌবা, মখা তাথৌ প্রকাশ।

প্রকাশ : কোন্ন উাংনাসি ইমা। পাবুং লাক্লে। ঐ ঙসি ইমান্নবা ভমগা উন্নরুবা তারে।

( বলদেব চঙলকই )

বলদেব : প্রকাশ, নহাক কদায় চৎকদৌরিবনো ?

প্রকাশ : ঐ পরুপ অমা উন্নরুবা তাবে পাবুং।

বলদেব : থেংনা মমনা হক্তিনরক্কন্নুকো। হৌজিক কালসে মীনা মী ফংচিন্নরুবা অসিদা। ( প্রকাশ থোক্খি )

বলদেব : আনন্দী, নুপীমচা, কদায় চৎখগে ?

মোহিনি : মাগী কাদা লৈরমগনি মায় পাবুং।

বলদেব : নুপী মচা, শে ঙাসে পুসিনখো। । খরা থোংলো অত্তগা খরা অমনা তাউরো।

আনন্দী : ফনি পাবুং ( আনন্দী ঙা পুশিনখিবা )

বলদেব : নখোয় নমা নচা করি ঙাংনরম্রিবনো ?

মোহিনি : করিস্থ নত্তে, প্রকাশ কুমশি পরীক্ষা থাররোয় হায়য়ে

বলদেব : প্রকাশ কুমশি পরীক্ষা থাররোয় হায়য়ে, মরমদি ?

মোহিনি : মরমমি মানা খংভি ।

বলদেব : ঐ খংভি, অভাংসে কুমশিদি মপুক খরা লাংচংনৈ হায়বদো। অতুবু মমা ও'ইবী নংবু অভাংশিংশে থেমনৌনা ংরা রানক রাক্তেমহুনা শিজিন্নবা য়াদ্রো ? নত্তে, নং অসিবু কয়ানি পংতুনা লৈখিগে হায়বিবনো ? মীগী মমা শি'না মমীং মনা শিংভিবা অতুগা ঐখোয় গীনা অপংবুদা ভাক্তা থে। ক্লিবসিবু ?

মোহিনী : তপথখোদা মাই পাবুং, শাউগংপতনা থবক পাঙথে.কৃপা হৌনদে।

( আনন্দী চা পুড়না চংলকই )

আনন্দী : ( চা থমলগা ) চেং মিকুক কয়া থোংগনি ইমা।

বলদেব : তো, তো', মমা অপংবীগী মচানিনা মসিমস্থু হংজিল্লকাল ।

মোহিনী : চেং মিকুক অনিদং থোংলো ম্নুপীমচা। নং তামো গীদো চাক খরা পেতক য়েংনা থম্বিউ। ( আনন্দী থোকখিবা )

বলদেব : মানা কুমশি পরীক্ষা থাবনোয় হায়রবনিনা ফরে, অদো করি তৌহনগনি।

মোহিনি : কুমশিসে মহাকনা কারবার সিংসে চাউখংনবা হোংনর-। সম্নু। অহুগা য়ারবদি...... ।

বলদেব : য়ারবদি করি ?

মোহিনি— মাই পাবুংগা ৰা ঙাংনবসে ওন্থোকনা মুঙাইখিদ্রেদা। ৰা জোইকাৎত্রিডেদা মরক্তা হেক হেক থৎপসিনবু ··· ···।

বলদেব : ওইরোয় ওইরোয় নংনা খল্লিবদো হৌজিক ওইখিরোয়। হান্না Msc পাস তৌখিসনু অহুগা মতুংদা।

—Light off—

[ অনিশুবা উৎপা ]

[ হেমলতা Park তা প্রকাশ ঙাইলৈন লৈবম্মী। প্রকাশনা হেমলতাবু হেক উবদা কৌই ]

প্রকাশ : Hallow হেমলতা। How do you do ?

হেমলতা : Fine, অস্তুক থেংবগী মতমবু কবিগীনো ? মরক্তা লম ওক্না থেংনদকপা জাৎলা ?

প্রকাশ : লমংক নক্তেনে লতা। লম্বীদা ছাত্রি অমবু সাইকল তোংবা নিপা অমনা থেংজিন বিরম্বদগী ছাত্রি অহংগা মখোং খবা শোকলে Private cl inc অমদা Bandage কিসিহল্লগা মযুম তান্না থিনবীকংব মতুংদা খবা থেংখিবনি।

হেমলতা : মুংঙায়খেদা নংগী বাসে তাবদা। অহুবু ছাত্রী অহুনা কবি তাক্পিরকপগে ?

প্রকাশ : করি তাকপিবপগে হায়বদি ?

হেমলতা : হায়বদি তামো চা-ফানবিখো। অদোম্বু কন্দ লৈকা-য়দা লৈবীবগে ? মীংনা করি কৌবেগে ? তামোগী

পুন্সিসিমগী লম্মন ভোঙ্গরবনিক্কা হায়বিরকত্রো ?

প্রকাশ : হায়রকই, পুন্নমক হায়রকই। তামোবু ঐনা ইবুংমক থনজৈ। তামো নংলমজ্রবদি ঐবু য়ুম য়োঁহনবিনবা কনা অমত্ত লৈরমলোয়। তামোবু ঐনা য়াম্ন হুংশিজৈ অহুগা মবক মবক্কা ঐখোয়গী College তা লেংবিরকভ। নচলনা তরাম তরাম ওকচগনিকা হায়রকই।

হেমলতা : কবগা জাংকী লৈশাবীনো অহুবু; মী উরগা মীশক লাকপা ঙমদ্রিত্তবু। মকমতুদা ঐ তংগা লৈরম্লবদি কুমৈ হুণ্ডায়রমগনিদা সত্তা।

প্রকাশ : তশেঙমক্কী লতা, মহাক্কী শক্তম অদা থাজদগী হেন্না ফজৈ ঐগী পুন্সিদা ম বু কৈদৌঙৈদসু কাওবা ঙমলোয়।

হেমলতা : ( কপ্পা ) খণ্ডলে সংসার অসে মীনথ ঙাক্তনি হুপী ওইবী শিংগী পুন্সিবু শান্নপোৎ ওম্ন খল্লিবা হুপা হায়বগী জাংশে অমুক থাজনিঙায় লৈতে।
খণ্ডলে প্রকাশ, নংসু অহুগুম্নবা লৌনম হৈবা হুপাগী জাংনি। ঙসিদগী ঐবু পুন্সিসিমগী কাওথোকপিরো।

প্রকাশ : লতা, নং অতুক থরায় ৱাবিবদি কম্নিগীনো ? নংনা খল্লিববু ঐনা নংবু থাদোক্কনা চংথগনি নত্রা ?

হেমলতা : য়েংঙু প্রকাশ, তোল্লবী হুজা ওইবী শিংগী পুন্সীসে ঙৌরবা চেবাঙগুম্বনি। চেবাং অহুগী মথক্তা অমুবা মুক চুশিন্‌বদা কোকপা য়াদবা ওম্মনা।

প্রকাশ : মচু খনগনু লভা। ঐনা হায়রিবসিনি, ঐ নংবু কৈদৌঙৈ-দম্নু লৌনম ভৌরোম্ন।

হেমলতা : প্রকাশ······।

—"Light off"—

( অহুমশুবা উৎপা )

[ মকম বলদেব কী শঙ্গায় ]

মতম— অয়ুক

( বলদেব অয়ুক্কী Break fast লোয়রদুনা মঙ্গোলগী চৌকিঅমদা ফমদুনা Daily pap·r পারি, তাঙ্গা অসিদা প্রকাশকী মরুপ In pe·tor ইবোতোন চংলকই )

ইবোতন : ·Good morning Uncle,

বলদেব : Good morning· লাও ইবোতোন ইপানস্নু নঙগা অমুকতা উন্নগে খনলম্নিবনি। ফম্মু চৌকি অসিদা।

ইবোতোন : করি থবক্কীনিনা পাবুং ?

বলদেব : এঃ, মরম হায়্রবু···প্রকাশকী রানি।

ইবোতোন : প্রকাশকী রা··· ( ঙহাক খন্নবা ) তাকপিয়ু পাবুং, নচানা করি তৌজৌ হায়্রবিরিব ?

·বলদেব : ইবুঙো, প্রকাশসে, কুমশি মপুক্লিং খরা লাঙচংনৈ। অদুগা পরীক্ষাস্নু কুমশি থাররোয় হায়্রে। হন্দকীশিমতং মানা হোৎনজরবদি পরীক্ষাবুদি করিগী পাস ভৌরোয় দগে ? অদুগা মপুক্লিং অম্নুমনা লাংচৎনরবদি করম্ননস্নু

পাস তৌগনি ।

ইবোতোন : পাবুং মরমবু হঙবিরবরো ?

বলদেব : মহু খংদহুনবু নংগা উন্নগে খনলম্লিবনি । নহাক্ত অশি-
মতং investigation তৌহুনা ঐগোন্দ খঙহনল্লবদি ... ।

ইবোতন : ফনি, তৌজগে পাবুং ।
[ মতম অসিদা প্রকাশ চঙলকপা । প্রকাশপু উবদা
ইবোতননা ]

ইবোতোন : Hallow প্রকাশ, নহাক্লী ঈ-পাউ তাদবা মতম কুইরে
করম তৌরিবগে ?

প্রকাশ : ঈ-পাউ হায়ববু ইমা পাবুংগী মকমদা থুপ্তুনা লৈবিদনা ।
[ ময়াম নোকমিন্নবা ]

ইবোতোন : Fine, charming প্রকাশ, নংগী বা শিমক তাবদা
অপেন্বা পোক্ই ।

বলদেব : নখোয় অনি Break fast তৌমিন্নরুগো, অহংগা ঐনা হায়-
বদো । ( বলদেব চঙখিবা )

ইবোতোন : কাউজয়োয় পাবুং ।
( আনন্দী প্রকাশকী অমদী ইবোতনগীচা পুরকই )

ইবোতোন : আনন্দী, নংদী নায়েক তৌদেদনা ?

আনন্দী : লৈত্তে তামো । তামো খোয়দি করম তৌবিরিবগে ?

ইবোতোন : তামো খোয়দি মীনাই নিনা মীনাইনবু করি তৌগদগে ?

আনন্দী : Police Inspector অমা ওইরগা মীনাইকা হায়দুনা ভামো খোয়না করিগীনো তোম্না খনবিরিবহৌ। মীনাই বুদি খ্বায় পুম্মমক্সুনিয়ে।

প্রকাশ : মরুপ, ঐখোয় আনন্দীসে High court কী advocate ওইবা য়ারবনি। তর্কদা মহাকগুম্বী লৈতে।

( ময়াম নোকমিন্নবা )

—Light off—

[ মরিশুবা উৎপা ]

## [ Freez Restaurant ]

Freez Restau ant সহর অসিগী চাওববা অমসুং most up-to-date নি। প্রকাশ অমসুং ইবোতন ফমদুনা ৱারি শাবি। ( রেটার চংলকই )

রেটর : ক্যা চাহিয়ে সাহাব ? লচ্ছি, চাট, অমলেট, কোল্ডড্রিংক য়া কুছ ?

প্রকাশ : দো কোল্ডড্রিংক আউর দো লচ্ছি। ( রেটার থোকখিবা ]

ইবোতোন : মরুপ ঙশি পাবুংনা নংগী মবমদা বা খরা হায়। নঙনা এম, এস, সি থাররোয় হায়বগী মরম্ন করিগীনো ? পাবুংনা মতম খুদিংমক্ত নংগী মমক হারিবসে নঃ উদ্রা ?

প্রকাশ : ঐনা এস, এস, সি থারারোয় হায়বগী মরমদি অসিনি মরুপ। ঐগী পুন্সি অসিদা ঐগী হায়বব, লতাতনি। অদুগীমু মথক্তা ঐনা পামজবনা অমা তথলিবনা অমা।

ইবোতন : নহাক্ন পামলিবনা কবিনো ?

প্রকাশ : ঐনা পামলিবদি মরুপ মেডিকেল তম্বনি । অতুবু শিনফম অসি শুম্নবসিদা এম, এস, সি থানিংঙ্রবনি ।

ইবোতন : মবক অসিদা লত্তানা নংোন্দ করি তৌববগে ?

প্রকাশ : লত্তানা ঐঙোন্দ করি তৌববগে হায়ববু মরূপ মাঙলান্দ মহাক্ন লাকতুনা মুঙাইববা রাবি কয়া শাবৈ । মুংশিষা রা কয়া তাহনলৈ । অহংগা স্বর্গগী ইন্দ্রমকনমু ফঙমন্ত্রবা সন্মান কয়া পিবৈ । অসি শুম্বা মুঙাইবা ময়াম অসে থাদোক্কনা পিরুবা কা অমদা হৌদোং লপ্তোইবী শুম্ন ফমহ্না এম এস সি থাগদৌবিবনি হায়হ্না অরাবা থাঙবা অসে ঐ হৈনদ্রেনে মরুপ ।

( রেটাব চান্নবা পোৎ পুবকই )

ইবোতন : প্রকাশ, নংগী রাখল খুদিংমক অবালবনি । মরমদি নঙনা লত্তাদগী ফংলিবা সন্মান অহুত্তনা সংসার অসে লোয়বা নত্তে মতুদগী নঙনা এম, এস সি পাস তৌবগা ফংগদৌবিবনি । অতুগা নংনা চিকলবা কা অমদা অরাবা থাঙবা হায়গদো অতুবু অরাবা কৌববনে মরুপ ? মতুদগী অরাবা কন্না মহাক থাঙহ্ননা লাক্রুবা নত্রা ? মীওইবগী অস্থক মমল লৈখ্রবা পুন্সি অসিবু পিকখ্রবা খোদোক অমদা লোইশিনলগে খনব্রা মরুপ ? পাবুং ইমাবু পেলহন্বা ঃ মত্রবসু মখোয়গী আশাতদি কাইহনগনু মরুপ ।

প্রকাশ : খঙদ্রে মকপ! ঐ সমস্যা শিংসে পুবা ঙমদে। ঐ কবি তৌসিগে খঙদ্রে ?

ইবোতোন : মীওইবা খুদিংমক্ত সমস্যা কয়া মায়োক্নরিবনি। সমস্যা খুদিংমকপু নোক্ন নোক্ন মায়োক্নহনা লোয়শিনবা ঙম্ব মীওইতনা মীংচং তানবা ঙমলিবনি। অঙনা পাবুং ইমাগী বা খজিকতং থন্থহনা য়েং উ মরুপ। ঙসিগীদি কায়নরসি।

—লাইট অফ—

[ মঙাশুবা তাঙ্কক ]

মফম-বলদেবকী য়ুম। মতম-অয়ুক।

( বলদেবকা ডাক্তরতোম্ব গা চেয়ারদা ফমজনা বারি শরী। আনন্দী চা পুজনা চংলকই )

ডা :— আনন্দী, আংকলা ঙসিদি নংগী চা থকপা তাবেদো। নহাক ইংলিশতা ওনার্স ফংলে হায়হনা তাই, য়াম্ন নুংঙায়রে। অদুবু ঙসিদ আংকল নংগী ঈশৈ অমতা তাগে।

আনন্দী : আংকল পাবুং মথৱায় নুংঙায়তে ঈশৈ তারগা অমুক্না......... ।

বলদেব : শকতোকলো নুপী মচা, রাবগী রাবা কয় নি/ রাহুনতবু লৈ হায়রগে।

( আনন্দী তানপুরা পাইহনা ঈশৈ হৌই )

( ঈশৈ লোয়রবগা প্রকাশ ইমুংদা চংংকই মাগী কা রোমদা চংখি )

প্রকাশ : ( চংনা চংনা ) আনন্দী থকনবা ঈশিং গ্লাস অমতা পুরকউ ।

( আনন্দী চঙখিবা )

বলদেব : প্রকাশ, নঙ অাংকলনা নঙবু কুইনা ঙাইদুনা লৈরে । ( প্রকাশ চংলকই ) অমুক্তা লাউ সিদা ।

প্রকাশ : করি তাকপিগদবা আংকল ?

ডাঃ— ফমু প্রকাশ, আংকল ঙসিদি নঙোন্দ রা খবা হুঙগে; কুমশি নহাক এম, এস, সি থাররোম্ব হায়ববু মরম কবিগীনো ?

প্রকাশ : মরম করিস্থু নকে আংকল । কুমশি প্রিপাবেশন লৈত- বাদুদা নোংমৈ নিংথিনা থাবনা ফগদ্রা খনবগী রানি ।

ডাঃ— গুড, অতৈ ডিফিকালটি দি ।

প্রকাশ : ডিফিকালটি হায়বাবু আংকল; হকচংসে খরা উইক কিল তৌই । অদুগা ফমুংদা চঙবগা হেক ভুম্বা য়াদে ।

ডাঃ— ভেরি গুড, অতৈ ভুঙায়তবা করি লৈ ?

প্রকাশ : অতৈ লৈজদ্রে আংকল ।

ডাঃ— আচ্ছা—প্রকাশ নং হৌজিক করিতৌবা পাম্মী ।

প্রকাশ : করিতৌবা হায়ববু আংকল, পাবুং ইমা লৈরিবনিন মখোয়গী য়াথং মতুং ইন্না...... ।

ডাঃ— উম, নং পাবুং ইমানা ন'বু এম, এস, সি পাস তৌবা পাম্মী । অদুগা কোয়বা খোংপগী চাং অদুস্থু খরা য়াংহন্বা

পাম্মী, নং করি হায়রিবগে ?

প্রকাশ : ইমা পাবুংনা তাকপিবা খুদিংমক য়াঔজ আংকল ।

ডাঃ— ভেরী গুড (প্রেসক্রিপশন ইবা নং মসিগী হিদাকসে লৈতুনা চাও। অহাম্বগীসে নোংমদা চাকচাবা মতুংদা চামচ অনি তৌদুনা চাও, অদুগা কেপশুলসে ব্রেকফাষ্ট মতু নোংমদা অমমম চাগদবনি ।

প্রকাশ : ফনি আংকল (থোকখিবা)

বলদেব : মরুপনা করি খঙবিববগে ?

ডা : করিস্যু তৌরোয় । Anxiety খবা লৈবগী বানি । মহাক্কী মরুপ ইবোতনদগী পাও লৌবিরববো ?

বলদেব : হায়দি হায়খ্রীবনি মহাক লাক্লগা খঙবা হায়বদুনি ।

ডাঃ ফরে অদু দি মহাক লাক্লগ Ring তৌবিরকউ । ঐ য়েংজ রগে ।

বলদেব : ফনি

[ ইমুং য়োমদা শন্নগা ]

বলদেব : আনন্দী, নখোয়বু কদায় চংখ্রবগে ?

মোহিনি : করি তাকপিগদবা লৈবগে মাই পাবুং ।

বলদেব : প্রকাশতি কদোম চখোকখে ? মহাক্কী পরীক্ষাস্যু হয়েং-দগী হৌরগদবনিনা ঐ বাজার চংদুনা ডা খরা য়েংঙখিগে ইনজাং নাপীনা চিংবা করি করি লৈগদবা লৈ। লুপা অদুস্যু খরা পিরকউ ।

মোহিনি : য়েঙ্গাং নাপী হায়ববু পুন্নমক শুনা লৈরে। ডা লৈরকপদা

মোরোক খরা য়াউবিরকউ মাই পাবুং। লুপাসে পাই-
বিখ্রে।

বলদেব : ইবোতোন লাক্লগা ফমহনলম্মু। অদুগা প্রকাশকী হিদাক লাওথরু চিংবা য়েংবিরম্মু ঐ চংলুখিগে। ( থোকখিবা )

—লাইট অফ—

তরুক শুবা উৎপা

[ ইবোতন মটর সাইকেল তোংহনা লাকই থোংদা নোক তৌই প্রকাশ, প্রকাশ হায়না কৌই ]

আনন্দী : তামো লেংবিরকই।

ইবোতোম : প্রকাশ য়ুম্দা লৈব্রা আনন্দী ?

আনন্দী : লৈ, মহাক্কী কাদা লাইরিক পাত্তুনা লৈ!

ইবোতোন : পরীক্ষা হয়েংদগীনি হায়হনা য়ান্ন বারুত্তুনা কান্নদে। খরা রেষ্ট লৌহন্বনা চুন্মী।

প্রকাশ : মরুপ লেংবিরকইব্রাও ?

ইবোতন : প্রকাশপু থাদোকতুনা ইবোতোন্ন কনায় চংলি হায়-
বগে। পাবুংদি কদোমদা চখোখ্রে ?

প্রকাশ : পাবুংবু করি থবক্কীনো বাজার চৎখি্র। লাকপগী মতমদি য়ৌরে, লাকতুম লক্লমানে।

বলদেব : ইবোতোন নংস্মু লাকই ; ফম্মু !

ইবোতোন : অং পাবু', করি ঙাবু লৈবিরকপগে ?

**বলদেব** : ঙা হায়ববু মঙং চাদেদা। ইলিসা কি:লা অমা লুপা ২৪ পিহুনা লৈরকই। ইবুঙো ঙসিদি হাও-হাওবা ঐখোয়দা চারসিদনা।

**ইবোতোন :** পাবুং ঐ নঙলরোয়, কোয়া তৌজরগে। Du'y গী মতম নাম্বোকখিবা তারে। ঐ প্রকাশকী রাকম অহুগী লাকপনি।

**বলদেব** : করম্বা ক্লু ফংলকই ?

**ইবোতোন :** ক্লু হায়ববু হেমলতা কৌবী নুপী অমগী দমক মহাক্কী মপুক্লীং খরা লাংচৎনবনি। মসিগী মথা তাবদি পাবুং ইমা খোয়না থংঙি। মহাক্কী লৈফম Railway Station মনাক্তনি।

**বলদেব** : ফরে ইবুঙো। নহাক মবক মরক্ত কে য়খোরকউ, মত-মম্থ থেংথে হায়রবনিনা, চা-কাদি তৌবত্রউ ?

**ইবোতোন :** তৌজরে পাবুং। (ইবোতোন চৎখিবা

(বলদেব ডা দা রিং তৌই রিশিভার থাঙ্গংলি।)

**বলদেব** : হ্যালো, ৩০২।

ডাঃ— ইয়েস, ৩০২ ডাঃ তোম্ব স্পিকিং।

**বলদেব** : ডাঃ মরুপবো ?

ডাঃ— হোয় মানি করি পাউ ফঙবিরবগে ?

**বলদেব** : ইবোতে ননা শন্ন খরদি হায়ররে অহুবু ঐ ডাঃ মরুপকীদা লাকচৌ হায়রিবাও ?

ডাঃ— ঐ অহুম লাকচরগে। মরুপ্পু হৌজিক য়ুমদা লৈবিগ-
নিদনা ?

বলদেব : লৈগনি লেংবিরকও।

ডাঃ— ও, কে থমজরে।

বলদেব : ফনি। (রিসিভার থম্মী।)

বলদেব : মুপী মচা, করি তৌরিবগে নখোয়মু।

মোহিনী : চেং মন্নিয়ে। করি তাকপিগদবা লৈবগে ?

বলদেব : ডাঃ সাহেব লাক্নি অদো চা- সূচি কাদি খরা তৌগ-
দরা করিনো ?

মোহিনি : আনন্দী, ডাঃ সাহেব সু লাক্নি হায়য়ে, চা গা সূচি
কাদো খরা নিঙথিনা তৌবিউ মুপী মচা।

বলদেব : প্রকাশনা মপুক্নিং লাংচংনরবসে নহাক খঙলব্রাও ?

মোহিনি : ঐ করিমত্তা খংজদে।

বলদেব : নংনাবুদি কদায়দগী খঙগনি, ক্লাক খোংবদগী মুমীং
তাবা কাওবসে কা শাইবত্তা হোংনহুনা লৈরবনিনা।

মোহিনি : মাই পাবুংগী হৌনবী মীগী থম্মোয়দা শিক শিরু ঙাংব
সিতা খিৎ তোকপিরোদা, অঙাং শিং ফাওব লমদমনরনি।

বলদেব : ঐনা ঙাংবসিত্তা নঙনা তানিংবা লৈত্রেনে ?
( মতমসিদা ডাঃ গী কার হর্ণ খোঙলকই।)

ডা — সাহেব কা মেম সাহেবকা বারি য়াম্ন ফুঙায়বিরম্নেদনা ?

বলদেব : কদায়দগীনোদা মরুপ। মাথা শাবগী মথক অশাবা
অমা হাপক পস্নিদা ভাব ঙাত্রপোংনিদা।

ডাঃ— মাথা শাগংপিবিদু প্রোব্লেম থরা শোলভ ওইবকপসিদা মাথা শাগংপিরবদি শোল্‌ভ্ থরাদুগ্ন মাঙথিবা য়াই। নত্তে; ইবোত্তোননা হায়রম্বা বাবু কবিনো ?

বলদেব : মানা হ য়রম্বব্ অসিনি প্রকাশকী মপুক্লীং চারাংনরিবসে রেলবে ষ্টেশন মনাক্ত লৈবী হেমলতা কৌবী নূপী মচা অমগী মরমদগীনি।

ডাঃ রেলবে ষ্টেশন মনাক্ত লৈবী হেমলতা কৌবী নূপীমচা ?

বলদেব : মানি।

ডাঃ ঐ মাবু মশক নিংথিনা খঙই। নূপী মচা অদু—মশাদা ক্যানসার্ লৈবনি।

বলদেব : করি হায়বা ? ?

মোহিনি : নূপী মচা অদু মশাদা ক্যানসার লৈবনি হায়বা? ওইথোক্তবনি, অসি ওইথোক্তবনি। মগী ইচা প্রকাশগী মপুন্সী মাঙহনবা কৈদৌইদগুম্ব য়ারেই।

ডা— অমুক্ত ভপথ বখো মেমস হেব।

মোহিনি : ( কপ্পা ) সি ফাউবা ইমা হায়বদগী হেঞ্জদ্রবা ইচাবু কবিগী মমক লমখাঙদা অরাব ··· ?

বলদেব : অমুক্ত ডাইখো মমা। ডাঃ সাহেব ইচগী মপুন্সী মাঙবগী মহুগা নূপীমচা অসিবু লায়েংলগা ফহনবা য়ারোইদ্রা ?

ডাঃ করিগী য়ারোইদগে, পুন্নমক ঈশ্বরগী থৌজালনি ভেলোরগী ক্যানসর হোসপিতাল দা পুহনা লায়েংবগী মথৌনিদো।

বলদেব : নূপীমচা সিগী মপাবুংগা হান্ন সংসারগী হৌনবী চৎতুনা ঙাংনরগা কোন্না লায়েংবগী রাসি লাকনি। হৌজিক মকতি রাকমসিদা মাথা শাকম থোক্তবনি।

(প্রকাশ মথুক্তা খবর চে অমা পাইদুনা লাকই।)

প্রকাশ : ইমা, ইমা।

মোহিনি : করি তৌরে ইবুংঙো।

প্রকাশ : ইমা, ঐ এম এস সি ফাষ্ট ক্লাস ফাষ্ট ওইরক্লে।

মোহিনি : মঙ্গল ওইয়ু ইবুংঙো। ইমানা বর পিরিবসিনি।

আনন্দী : তামো, নং এম এস, সি ফাষ্ট ক্লাস ফাষ্ট ওইরক্লে ? রান্ন নুঙায়রে তামো। হৌজিক্তি পরীক্ষা পাস ওইরবনিনা করি থোনবিগনি ?

প্রকাশ : ইচনগী দমক শনাগী লিক অমা থোননি।

বলদেব : প্রকাশ নহাক এম এস, সি ফাষ্ট ক্লাস ফাষ্ট ওইরে হায়রে ?

প্রকাশ : পাবুং। (খুরম্ব)

বলদেব : অহুত্তনি পাবুংনা অমুক কুইবসে খন্থনা লৈরম্লিবা। হৌজিক নহাক এম, এস, সি ফাষ্ট ক্লাস ফাষ্ট ওইরবনিনা পাবুঙ রামনা নুঙায়রে, পেল্লে। মমা নংবু করিগীনো পংশিন্নহনা লৈরিববু। অঙাং শিগী চানা খরুবা তৌবি-রুচো কৈদৌবগে।

আনন্দী : পাবুঙ তামোম্থু এম, এস, সি পাস তৌরবনিনা ঐগী স্কুটার অমতং।

বলদেব : এহে উরাওবীসিমা। কদায়দগী শরকসিদা স্কুটারকাসু নিংশিংল্লকইনে।

—লাইট ওফ—

তরেৎ শুবা উংপা

[ মফম লম্বী। মতম—নুংথীল।

প্রকাশ : লতা, লতা।

লতা : করি তৌরে অতুক ফিংনা কৌবক্লিবদি ?

প্রকাশ : লতা, ঐ এম, এস, সি ফার্ষ্ট ক্লাস ফংডে।

লতা : নহাক ফার্ষ্ট ক্লাস তা পাস তৌরে য়াম্ন মুচায়বে ঐগী নীংবা আশা থুংডে। মতম খুদিংমক্ত নংগী মাইফনবগী দমক ঈশ্বরগী থুৱাদা লৈ কচ্চরিবনি নহাক নুংডায় মাই-ফনা পাল্লু।

প্রকাশ : করি! করি হায়বা লতা নত্তে, ঙসি অসুক মুঙায়রবা মতমসিদা নংগী মাইথোং মকশিনবগী মরম করিনো ? অদুগা নংগী যেত্ শুম্বা য়াহৈ।

লতা : ঐনা নোংমা নঙোন্দ রা অমতং হায়গে তৌবদা হায়খিদ-বদো ঙসিদি হায়দোকলগে প্রকাশ। মীত্তইবগী পুন্সিসে অরা অনা কয়ানা শাগোল্লরিবনি পুর্ণিমাগী নিংথীরবা থাবলদা নোং মপৈনা খঙহৌদনা মমশিম্ব শুমনা মীওই বগী পুন্সিদা অরাবা কয়া থংহৌদনা লাকই।

প্রকাশ : লতা, নংগী রাখল খুদিংমক অরানবনি। নও ঐবু লাম্না লৌগম্মু।

লতা : ( কপ্পা ) নত্তে, নত্তে প্রকাশ ; মহ নত্তে, ঐগী ইচিল অসিনা করম্ম নংগোন্দ তম্‌গনি। নও চৎখো প্রকাশ… ঐগী মাওদা লৈরম্মু নং চৎখো।

প্রকাশ : লতা, করিগীনো নংনা অত্থুক বারিবদি ? নং ঐবু থাজো। ঐ নওবু কৈদৌঙৈদস্মু……… ।

লতা : মহুনত্তে প্রকাশ। ঐ, ঐসে, ঐগী হকচাংদা ক্যানসার… ।

প্রকাশ : লতা, করি লতা ; মহ হায়রম্মু লতা, নং মহ হায়ম্মু। ঐনা ওসি এম এস, সি পাশতোবদি নংগী দময়কুনি।
নংনা অত্থুম্ম … ।

লতা : ঐনা হায়বা নত্তে প্রকাশ। ঐগী লাইবক্না হায়বনি। ঐ চৎলে প্রকাশ, ঐ চৎলে।

প্রকাশ : লতা … লতা অমুক্ত ওাইখো লতা, লতা।

—লাইট এক—

## ২ শুবা অঙ্ক

[ অহাব উৎপা । ]

মফম বলদেবকীয়ুম। মতম ··· সন্ধ্যা।

( বলদেব, ইবোতোন, ডাঃ ১স্মুং মোহিনী কাদা কমতুনা ৱারী শারি । )

বলদেব ডাঃ সাহেব, প্রকাশকী এম, এস, সি, সু লোয়রবনিনা নুমিৎ অমা য়েংতুনা নুপিমচা অসিবু হায়কুবনা ফগত্রা ? মপবুং ঐ লৈনা-লৈনা ইচা মনিং থুংখিদে হায়বসে হায়হন্নীংদে। অদুনা নুমিৎ অমা য়েংতুনা নুপি মচাসগী অহল-লম্মন শিংদা খঙহনখী বনদি কৈ। করি হায়বগে ইবোতোন ?

মোহিনী ইচাগী মনিং থুডলোয়দৌরী হায়তুনা মশাদা মরাইথুঙ পকপা নুপি অমবু করম্ন ইমৌ ওইগদৌরিবনো ? মাই পাবুংবু অহল ওইর ওইরগা ভ্রম চুবিরিসিবু করিগীনো ?

বলদেব এহে ··· মসি নঙনা খঙবা পোং নত্তেনে মমা ? নঙ তুমিন্না অতুম তাউ।

মোহিনী ঐতা খিত্তা ভাংজরোম্রদা। তৌবতবু মসিবু করম তৌশিগে মমা কা হঙয়বিবরুপু ।

ইবোতোন পাবুং, ইমানা মফম অসিদা য়ানিংদবা অদুগা পাবুংনা

থরক অসে থুনা য়াওনা পাঙথোক্নীঙবগা, ৱাফমসে খরদি ফরক চৎলে।

ডাঃ — মেম সাহেব, প্রকাশনা খনবগী মতুংইন্না নুপিমচাশে হায়নবদি মহাক্কী মনীং থুঙবা হায়বদো ওই। অদুনস্তু মহাক্কী অফবা ওইগদ্রা হায়বসে খনবগী ৱানি। অদু নত্তদনা ঐখোয়না অতোপ্প অমা হায়রুরবস্তু মহাক্কী মশাদা অমাঙবা ··· হ্যবদি নীঙমদবগী ৱাখলনা থোপ শোক্লক্কদ্রা হায়বসে চিংনবগী ৱানি। হৌজিকমক্তু মহাক্কী হকচাং পাংফাংতে।

ইবোতোন— ঐস্তু অদুম্ন খঙ্জে ডাঃ সাহেব। মরূপ প্রকাশসে মসিগী ৱাবী নত্তনা অতোপ্পা ৱারী শাদে। অদুগা মহাক্কী পুন্সীদা লতানা মৈরানী হায়না ৱারী তৌই।

বলদেব — অদুনা ডাঃ সাহেব, মমানা খল্লিবসিগা মচাসিনা তৌথো-রক্লিবসিগা য়াম্না খেন্নৈ। তৌবগীদি ঐস্তু নুপিমচাশে পাগদে। অদুবু প্রকাশকী মওং মতৌ অসিনা ৱা ঙাংফম থোক্কবনি। মীনা খনবনা অমা লাইবক ভমক পনা অমা কনাদা তাইনরুগনি। ( মোহিনী ইমুংদা চঙখি )

ইবোতোন— পাবুং অদু ওইরবোইদি করি নুমিৎ চৎপা লেপ্লরবা?

ডাঃ — তরেৎনি পান্বা নিংথৌকাবা নুমিৎসে য়াম্ন কৈ, মসিদা হেক্তা ··· ।

বলদেব — য়াম্ন ফরে, ইবোতোন নহাক্স্তু প্রকাশকা ৱারিসে

শাহনা মপুক্লিং কানবা থরা হোৎনরো। মমাগীদি করি তৌরুনি। মোহিনীগী হাক্তকন্তা মানা নিংবা ফুমক চথরগা লোইরে। অহগা ডাঃ সাহেবসু মুমিংসি মক শোয়দনবা …।

ডাঃ — ঐ শোয়দনা লাক্চগনি।

—লাইট ওফ—

## ২শুবা উৎপা

মফম—প্রকাশকী কা। মতম—অয়ুক পুং ১১।

(প্রকাশ মহাক্কী চিক্লবা কা অদুদা ফমদুনা কাইনবগী অমদি মুঙাইতবগী মাখলনা মঙং মঙং খন্দুনা লৈ, লোয়ননা মীত্তগী পি চহুম শিন্থবী)।

(আনন্দী চঙকই)

আনন্দী— তামো, নং করি তৌরে? (প্রকাশ তুমিন্না লৈ, আনন্দী মনাক্তা চংশিল্লকই) তামো, নঙ ঐনা কৌবদা করিগী থুমদে। অমুক্তা খুমক্ উ তামো। পাবুং ইমাবু নঙ নুংশিদবরা? নিংশিংঙু তামো, অঙাং ওইরিঙৈদা নোংমা ঐবু শন্না রাইবদা নংনা চৈশাংনা ফুনা তান্থিরদো। ঐনা লাইরিক ওর ইনা উইথরিঙৈদা নংনা ঐগী মাইদা হামুক তৈশিল্লগা হৌদোং লম্বোইবী শাহনথিবদো কাওরবরা তামো। পাবুং ইমানা ঐগোয় অনিবু নাক-থেক্তা ফমহল্লগা নোক্ল নোক্ল ডাইনিং টেবলদা চারা চামিন্নথিবদো নীংশিঙঙা তামো। কদায় নংনা এম,

এস, সি পাশ ত্তৌরক্লগা সনাগী লীক অমা থোনবীমি হায়বদো। পাবুং ইমানা নংবু ঙাইহ্নুনা লৈরে। চাক্ চারুরশি, ঐ চাক্ য়ায় লাম্মে। চংশি লাকও।

( প্রকাশ মমাই লুকথৈ )

( আনন্দী ঈশৈ হৌই। )

( অ.নন্দীগী ঈশৈ লোয়বগা প্রকাশ হিক্র হিক্র কপ্পী, মোহিনী ঈশৈ লোয়বগা চঙলকই )

মোহিনী— নিপা মচা, ইমানা নংবু পোক্পদগী ঙসিকাউবা মীংনা -কন্না য়েংন্সি। মতম খুদিং মরু নমিং থঙনবা হোৎনরকপনি । নচল অসিনস্থ করিদা শোয়খিদগে হায়হুনা বানা চোকশিন্না হোৎনরকপনি। অহুবু ঙসিদি নংগী করি স্থঙায়ত্তবা লৈ ইমাদা হায়য়ু' নংনা অস্থক থেংলবা ফাউবা চাগে থন্দহুনা তুমিন্ন অস্থম লৈথোক্পদি চুমত্রা ইবুংঙো ? নংগী নত্তৌ অসে উবদা নৈ-পাবুং চালুক মাংদা উংহুনা লৈরে। লাক্ও ইবুংঙো চাক্ চথোম অমক্রং চারুরাশি। নচনসিমস্থ চাক্সি মীনি।

( পুয়মক তুমিন্না লৈ )

আনন্দী — তামো, নংগী নত্তৌ অসিবু করিনো ? নংনা অস্থয় তুমিন্ন বা ঙাংদহুনা লৈরগা ঐথোয় করিদ স্থঙাইফম লৈগনি। তামো, চৎসি লাকও চাক্ চারুরশি। ঐ চাক্ য়ায় লাম্মে। ( মথুং পাইনা চিংথংলি ) নংনা চাপ্রবদি ঐস্থ চারোয়। লাকও তামো, হৌগৎলো।

পাবুং মশা ঙমদবগা চাক্ থেঙনগা য়ায় বানা মুঙায়তনা লৈরে।

মোহিনী — ইমাগী ইবুংঙো, নঙ ইমাবু অমুক্ত য়েংঙু। ইমানা নঙবু নুমিৎ থা গুয় য়েংহনা লৈরীবনি। রারক্রবা মতমদা নংগী ইমা হ য়না কৌবা খোঞ্জেল অহনা অরাবা পখোক্লিবনী। পিক্লিভৈদগী ইথাদা কোন্দুনা অমৃত খোমলাং ইল্লগা নমদা পোহনা চায়োক নায়োক্লকপনি। ঙসিদি নঙ ইমাবু উদ্রবা ইবুংঙো?

আনন্দী — তামো, মমা মপানা মচাগীদমক কয়া বাই হায়বসে ঐখোয়না খংদে। অতৈ কনা অমত্তা য়েংদ্রবমকয় ইমাগী অরাবাসিতদি য়েংঙু তামো। ( প্রকাশ তুমিন্না অহুম লৈ, মপি তৈথোক্লী )

মোহিনী — প্রকাশ, ঙসি ইমা নঙোন্দ বারী অমা তমগে তাও। নোংমা নুমিৎ অমা, নংনা অঙাং ওইরিঙৈগী রানি। মতমহৃদা নংগী চহী ২২তা ফাবি। নংগী পাবুংনা লল্লোনবা চৎখিবগী নুমিৎ হুমনিশু বদা ইখং খঙহৌদনা অহিং অথেংবদা চাখুমদগী মৈ চাক্পা হৌখি। মতম অদো আনন্দী মীরোলবা থা মঙাত্তা ফারি। য়ুম অদো ঈগী ওইখিবনা মী কৌবা নঙখীদে। ঐনা হাথ হাথ নংবু কোনখৎলগা চেন্থোরকপদা থোংজিন্দ খুদি থীহনা তুথৈ। ঐ জ্ঞান মাঙখিবা খঙহৌদে। জ্ঞান তারক্পা মতমদদি কৈরোয় লৈকায়গী মীনা পুমকোয় কোয়শিন্দুনা লৈরম্মী। মতমদো ফাউবা নংদি চপ তিংনা লৈরম্মী। ঐনা

নঙবু ফিগাউদা য়োম্লগা তুলসী বৃন্দাদা কৎলে হায়রগা পাম্বোম অনি থাঙ্গৎতুন খোজ্জেল বাঙনা কপ্প নওনা ইমাগী করিমক্তা পাম্বে লৈখিদে ইবুংঙো। ঙহাকী মতুংদা নংনা ইমা হায়না ঈংনা কৌরক্‌খি। ঙসিমু নংগী মেংলবা খোজ্জেল অতুনা ইমা হায়না কৌহনা ইমাগী থম্মোয়সিডদি পেলহল্লু গবদো ইবুংঙো। ( মোহিনী কপ্পী লোয়ননা আনন্দীসু ) ( প্রকাশ মরাই লক্‌থরগা থগৎ থগৎনা কপ্পী। ফম্নমদগী হৌগৎতুনা ডাইনিং রুমদা চৎখি। মোহিনীগা আনন্দীগসু মতুং ইন্নখি )

ড ইনিং টেবিল গী মথক্তা চাক্ পুখম, তেঙ্গোৎ গ্লাসন-চিংবা মংল মথাগী অচাপোৎ লৈ, বলদেব, প্রকাশ, মোহিণী, আনন্দী পুম্নপ ফম্মীনহনা চাক চারি।)

বলদেব — প্রকাশ, অহক জ্ঞান তাবা নঙনা ঙসি খঙওল ওল্লিনগী মরম ক্‌নো ? লিশিংমক মুঙায়অবসু চাক চারাদি হেনফদে। নঙোন্দ ঐনা কবি হায়ফম লৈ। মংমা করিগুম্ব থবক অমা চথনীংব লৈরবসু পাবুংদা হায়য়ু।
( প্রকাশ খর চারগা তুমিন্না হৌগৎতুনা চৎখি।)

মোহিনী — মসি মাই পাবুংনা থোক্‌হণ্ণ ঙাক্তুনি। ঐনা হায়বা রা মাই পাবুং থজিক্কা তাবিবরো ?

বলদেব — মমা নঙবু খিৎ তুমিন্না লৈখোনে। অঙাংসিগী মতৌগা নঙনা চক্রী তকশিল্লক্‌পগা ঐ মাথা য়াম্ন শাগদৌরী। প্রকাশ ঐগী ইচানি। মচাগী শাজংলিচৎ মতুং মতৌ

মমা মপা ওইবনা খঙবনি। নংদি শুগঙবু খঙবা লৈখি-
ত্রেনে। ঐস্সু করিদগী করি তৌরগা কগদগে খল্লিবনী

আনন্দী — তামোগীসিদি লায়বু লাইরি। পাবুংগা ইমাগা উন্নবা
য়াত্রিবসিহুম হান্না মাইবা অমা কৌহ্নুনা য়েংহন্নবা তৌসি।

বলদেব — আনন্দী, চৌথোং লৈহৌরিব্রা? খরা হাপনবা তৌ।

— লাইট ওফ—

## অহুম শুবা উৎপা

মকম — হেমলতাগী য়ুম। মতম—অয়ুক।

( বলদেব, ডাঃ তোম্ব ১স্সুং হেমলতাগী মপা অনন্ত কম-
হুনা রাবী সাই।

ডাঃ — অনন্ত বাবু, ঐখোয় মরূপসে কৈশাম পাংগীনি। ঐখো-
য়না লাক্‌চবদি অদোমগী নাইতোম শাংপী লতাকৌবী
মমোম অহু হায়জবা লাক্‌চবনি। মহাক্তী মচানিপা
অমা লৈ। চৎখিবা চহীদা এম এস. সিদা ফার্ষ্ট ক্ল.স ফার্ষ্ট
তাবকই। মরূপসে কনট্রেকটরনি। অহৃতস্থ নত্তুনা
মশাগী হুকান অমম খকস্থ লৈজে। খাম্ম তরাগী হৌনবী
মাঙ্গোল কাবা হান্নবসিদি অদোম্ব খঙবিরিবহুনি।

অনন্ত — ওসি অদোম্ব লাইর ঐগী শঙ্গায়দা কাবিবক্তুনা ইচাগী
দমক হায়বিবসে ঐগীদি লাইবক য়ামনা ফবনী।
লৈপাক্কী হৌনবী স্সুং চৎনবীগী মক্কুংইন্না মচা নীংঙোল
অমা লৈরবদি অমনস্থ অমনস্থু হায়জবা হায়বসে মমেক্ক

তাবনি। অহৃমদি ওইরগা ঐগী মুপিমচাশে সংসারগী চংনবীগা খোঙথাং মানৌ হায়রসে ঈশ্বরনা তম্মক্ত্রে। ( লম্তা চা পুথোরকই থনম্লগা চংখি )।

বলদেব — অদোম্ন থনবিরিবা অদো চুম্মি। অহৃমদি ওইরগা ঐখোয়সু মুপিমচা অসিগী রাকম পুন্নমক খঙনা খঙনা লাক্চবানি। মুপিমচা সিদি লাইরিক কয়া য়োজরে।

অনন্ত — বি, এস, সি পাশ তৌবগী মতুংদা তোক্হল্লে। মমা লৈখিদবগী মতুংদা সংসারগী পোংলুম পুন্নমক মানা পূহ্না লাক্লিবনী। মহাক্কী পরীক্ষা লোইবগা মমা নাহ্না ক্ষমদা তারে। মুখিং তরানি মুক নারম্লগা অমতা পোক্পি মমোমসিবু শিন্নম্লগা ঈশ্বরগী খুন্না তানখে। ( মমীত্তগী পী তৈথোক্লী ) মহাক্কীদি নুঙায়বা হায়বদো ওইখে। হৌজিক মুপিমচা অসিগীসু মুঙাইবা শরুক অমত্তা লৈত্তে। খঙদে, নহালমুক্কী মপোক্তা ঐনা করম্ব পাপ তৌরুবনা অসিগুম্ব কুম্মৈসে উবা ফংলিবনো।

ডাঃ — পুক্লিং শোত্থবিগনু। পুম্মমক ঈশ্বর মাগী লীলানি। অরা-অনা শিবা নাবা হায়বসে মীপুম খুদিংমক্কীসু থোক্লগদবনি। অকোন অহানবগী রা-ঙনি।

অনন্ত — তাক্ পিরিবা রাফম অদো চুম্মি। অতুম ওইনমক নুপি মচাশিগী রাফমসে নীংথিনা শেংদোক্ হৌদ্রবদি ঐসে মীনম্বনি হায়না তরানা লৌখিগদ্রা হায়বগী মুঙ ইতবা অমা পুক্লিংদা ইরেত্তা য়েক্তুনা লৈ। মুপী মচাসে মশাদা মরাইথুং অমা লৈ। অহনবী ঐনা মহ.ক্পু

সংসারগী চংনবীগী বাংমদা লৈ হায়জখিৎবদো।

( মপী তৌথোক্লী )

ডাঃ — ( মমোন মীনোক লোম্ননবা ) মহ্ ঐথোয়স্থ খঙজৈ। ঐথোয় মহ্ খঙনা খঙনা লাক্‌চবনি। মসি প্রকাশ হায়বদি ঐগী মরূপ অসিগী নিপা মচা অহুগী লাইবক্তা তমখিবননি।

বলদেব — মরম অসিনা ঐনা নুপিমচা অসিবু লাইবক ফবী অমা ওইনা লৌবা মসিগী দমক করিমতা চিংনবীগন্থু। ঐগী মরূপ ডাঃ সাহেব লৈবীবনিনা অফ অক পূম্নমক মাঙোন্দ শিন্নরগা লোইয়ে।

অনন্ত — (নুপিমচা, অসোমদা অমুক্তা থোবকউ লাউ। ( হেমলতা চঙৎকই ' পাবুং অনিসিবু অমুক্তা খুবম্নু। ( হেমলতা খুবম্নগা থোক্‌খি অনন্ত মপী তৌথোক্লী )

অদোমগী মুঙাইরবা পূন্সি থাদোক্কুনা ঐগী অরাবা পূন্সিগী শরুক য়াবিংবসিমক অঙকপনি। মরাইবক থীববী ইচাশিবু ঙসিদগী অদোম্ন পী পা শক্কুনা লৌশিনবীবা শিদা ঐ শিববস্ত পেন্ত্রে। হে ঈশ্বর, নংনা শান্নবীবা লীলাসে অঙকপনি। ( কপ্পা )

ডাঃ — পি ( তৌথোক্লগা ) পুম্নমক ঈশ্বর মাগী লীলানি। পঙলবা তাইবং মীওইবা ঐথোয়না কবিস্থু তৌফম লৈতে।

বলদেব — ফবে, ঐথোয়স্থ য়োক্লরগে। অহুগা হৈকল লাইকনগী মুন্নিং অমা য়েংলগা খঙহন্‌জরকে।

অনন্ত — ফনি। ( খুরুম্নবা )

—লাইট ওফ—

## মরিশুবা উৎপা

মফম—য়ু-গী বার। মতম— সন্ধ্যা।

[ প্রকাশ বারদা ফমতুনা য়ুগী লিক্লী পাইথংলগা থকে তৌরম্মী, তাঙ্গাসিদা ইবোতোন চংলকই। )

ইবোতোন— (প্রকাশকী মখুৎ তাপ পাইরগা) মরূপ, নংনা তৌরিবসিদে করিনো!

প্রকাশ — ( মাইথোং মকশিন্ন ) ঐগী ওমচারুন্নবা থম্মোয় অসিবু ঈংডহন্নবা অরোয়বা হিদাক্নি মরূপ অরোইবা হিদাক। ঐগী মুংশিরবী লতানা কেন্সরগী মৈচাক্ খাঙবা অহংগা ঐনা মুংশিবীগী অমদি ম্নাক্লবা স্পিরিটকী মৈশা লাংহুনা পুন্সি পন্দোম লোন্নবা হোৎনবা। প্রকাশকী পেথেটিক লাইফগী মুংডাইরবা শরুক কনানা তান্বা ঙমগনি মরূপ, হাঃ ··· হাঃ ··· হাঃ ???

ইবোতোন— ( ফিংনা ) প্রকাশ, ··· ··· ! করিনো নংবু ঙাংরব্রা? করিম্নু লৈত্রবা রাকম অহুদা নংনা অতুক সিরিয়স ওইনা লৌরিবদি। য়েংশু মরূপ, লতাগী মশাদা কেন্সর লৈ হায়বসে কনানস্নু থাডৈ শেংনা থঙবা নত্তে। করিগুম্বা লৈরম্ব তারবস্ব মহু কৎলোই হায়বা করিস্নু লৈতে। নংনা

থোদোক্ অসিগীদমক নপূন্সিদা চংলকত্রবা শাজৎ চক্লুনা অরেম্বদা ফজরবা পূন্সি অদুবু মোংহল্লগেরা মরূপ? য়েংউ, মরূপ, ৱালবা চীংদোলশিংগী মথক্তা নোংলৈ মুংশিৎ কয়া লাক্তুনা য়ৈরৈ ভৌইগুম্বসুং চীং মাদি মফমদগী শুংলেং লেংদদনা মুংশিৎকী শাফু কয়া ঙাকুনা লৈ। মুংশিৎনা কান্নরোয় থন্দুনা মমাই ওন্দুনা অশোন্ব মাংহকৈদা য়ৈরুরগা তুহংলি, নৈহৎলি। অহনা নিপা ওইবশিংগী থম্মোয়দি চীংগুম্ন লৈগদবনি। মসিনসু মীওইবগী পূন্সিদা থঙদবা কয়া থঙবা ঙম্মি, উদবা কয়া উবা ফংই।

**প্রকাশ —** মরূপ, অহমদি ওইবগা চীংনা ফজবিবা অমসুং থম্মোয় কন্নিবসে মাঙোন্দ লৈরীবা মহৌশাগী ওইবা উপাল-হৈপাল কয়ানা থোগৎ লিবনি। লাম্মৈনা চাক্লকপা মতমদা চীংদা শাৎলিবা উপাল-লৈপাল খুদিংমক চাকথি ; মতুংদা লৈহৌরীবা অকোক্পা চীং অদো মপানগন শোন্থবক্লী, য়েংলুবদা মতুনা কনাগুম্বগী থম্মোয় পেলহন্ব ঙমদে। অকোক্পা চীং অদুগী চীংদোন্দ নোং মপৈনা য়ৈরবদা চীং মশামক থাঙবা ঙমদহনা মহী ওইনা চেল্লী। অতুনা তাইবং মীওইবদি করি ওইক্নম থোক্ই?

( মখোয় ৱারী শানা শানা লম্বীদ থোরকই

**ইবোতোন—** মতুগীদমক পূন্সিদা তৌরকত্রবা থবক ১সুং পাইরকত্রবা শিনফম পাইবা হৌনদে মরূপ। নংবা ঙসি থক্কে তৌর-

ম্লিবা য়ু-মহী অসিনা মতমচুপ্পদা, মীৎকুপ খুদিংদা নংগী অৱাবা কোক্‌হুৱ ঙমগদ্রা মরূপ ? নং মসি খন-গন্নু, মসি তৌন্নু। মসিগী মহুত্ত অৱাবা কাওগে খল্ল-ৱদি লম খৱা কোইথোক্‌উ। অহুগা ঈশ্বরগী খুৎশেম ১সুং মীগী খুৎশেমগী শেন্নৱা উরগা খঙবা ঙমগনি তাই-বংপান করিনো হায়ৱা অসে।

প্রকাশ — মরূপ, তাইবংপান হায়ৱসে করিনো ঐ খঙদে, মহু খঙবগী মথৌস্থ ঐগী নত্তে। ঐনা তাইবং পানগী মরমদা খঙ-লুরগা মহুনা ঐঙোন্দ শান্তি পিবা ঙমগনিস্থ থাজদে। ঐগী ফজৎবা পুন্সী, নুঙায়রবা হাৎল ১সুং শান্তি কায়র-ৱদা কনানা তাইবং পাল শেম্বনো ? করিগী দমক্তা শেম্বনো ? মসিগী মরু ওইবা তত্বনা চীংবা থীরুহুনস্থ করি তৌনি। মসিনা ঐগী থম্মোয়দা অইংবা পুরক্কুনা পেলহন্ব ঙমগনিস্থ ঐ থাজদে মরূপ।

ইবোতোন — নংগী থাজদবসে খিত্তা থাদোক্লোনে মরূপ। নথোয় মেটেরিয়েলিষ্ট শিংগী হৌনবী হৌজিক হৌজিক্কগী ওইবা খনবা তুংগী খন্দবা মেটেরিয়েলতা য়েংবা অহুনা মীপুম খুদিং মক্‌পু পেলহন্ব ঙমগদ্রা ? মীপুম খুদিং মকি লাই-রহুনা মশা মশা ফাউবা পেন্‌বা ঙমদে।

প্রকাশ — মরূপ, ঐখোয়না হৌজিক লৈরীবসে মেটেরিয়েল ৱারল্ড-দনি। অহুনা ঐখোয়না শিরবা তুংদা করি ওইরগদগে খনবসে ঐ শুপ্পগী য়ানিংদে। মহুনস্থ ঐখোয়দা অমাংবা কয়া পি।

ইবোতোন — মতুননি মৰূপ, নংনা কৰিগুম্ব থৌদোক অমবু লাইট ওইনা লৌবা ঙমদ্রি বসে। ঐখোযসে কবিগী পোক্লি-বনো? কৰিগী অৱাবা নঙলিবনো, অতুগা কবিগী শিৰি বনো হায়বসে নহাক্ নো'মতা খনলিত্ৰা মৰূপ? খজিক খম্ভুনা য়েংলবদি মসিগী পাউখুম নহাক্ শোয়দনমকী থীরকনি মৰূপ। অহ্দতা মেটেৰিয়েললনা কবিনো অতুগা স্পিৰিচুয়েললনা কৰিনো খঙবা ঙমগনি. লোয়ননা তাইবং-পান অসিদা লৈবীবা পোৎশক থুদিংমক কবিনো হায়ন-স্থু খঙবা ঙমগনি।

প্ৰকাশ— কয়ে মৰূপ, ঙসি য়ামনা থেংখৰে, পাবুংগা ইমাগা মথৱায় ৱারম্মনি, হয়েং অমুক্তা উয়সি।

—লাইট এক—

## মঙা শুবা উৎপা

মফম — বলদেৱকী শঙ্গায়। মতম—অৱুক।

(বলদেব মোহিনীগা ফমহনা ব্ৰেক ফাস্ট তৌৰি ১নং ৱাৰী শাৰি।)

বলদেব — মুপী মচাদো মশক মতৌ য়াম্ন ফজে, য়াম্ন ইং তপ্পী। মুপী ওইবী শিংগী মওং মতৌ, লিচৎ শাজং চপচানা চেল্লী। মহাক্কী মতৌঅদো উবদা য়াম্ন মুঙাইতে। মপা, মমাতনি লৈশ্বাম্নরিবা। মমা লৈহিদবগী ৱাৰী

শাবদা ঐখোয়সু মীত্তগী পী শিন্থীবা খঙহৌদে ।

( প্রকাশ চংডক্ই তুমিন্না লেপতুনা ৰাৰী তাই। )

মোহিনী — ডাঃ সাহেবনদি করি তাক্‌পিরকপগে ?

বলদেব — ডাঃ সাহেবনা করিবুদি হায়মি। মহাক্‌সু মুপি মচাসে পাম্মী। মহাক্কী অঙ্গ ফত্ত খুদিংমক য়েংবীগনি হায়রকই ।

মোহিনী — মাগী অনাবদো কোকনি কোকলোয় হায়বিরকজো ?

বলদেব — মহৎবুদি ভেলোরগী ক্যানসার হোসপিতালদা পুত্থনা লায়েংবগী মথৌ তাই হায়না তাকপিরকই ।

মোহিনী — মুপিমচাসিগী মথা তাবা থবক্তি করি করি চাথগ দৌরিবা ?

বলদেব — থবক চথবা হায়ববু হৈকন-লাইকল পুনবা মুমিং অমা তম্মগা মথোম্নদা খঙহনথ্‌গা লোয়রে।

( তাজ্জাসিদা ইবোতোন থোঙদা নোক্ তৌই। )

ইবোতোন — প্রকাশ, প্রকাশ ? পাবুং, আনন্দী ?

প্রকাশ — করি তৌরে ইবোতোন, নংনা অতুক ফিংনা কৌরক্লিবদি।

ইবোতোন — পাবুং লৈৱ্রা প্রকাশ ?

প্রকাশ — অহৱু করি তৌরবগে ? ৰাদো তাশি হায়য়ু।

বলদেব — ইবোতোন করি তৌরে ?

ইবোতোন — পাবুং, লতা মহাকী অনাবা লাইঙ্কনবদগী ৰাম্নমা লৈরে হায়না ডাঃ সাহেবনা তাক পিরকই ।

বলদেব — নংদি করয় খঙডি ?

ইবোতোন — ঐস্থ পাবুং খোয়দা লাক্পদা ডাঃ সাহেবকা লয়ীদা উইন্নি। কার্ খান্নগা ব্রফমসে পাবুংদা তম্বিরুচো হায়না তাকপিরকই। য়ারিবমখৈ পাবুং থুনা-য়াংনা লৌইশিনবীরুরো। অতুগা প্রকাশ নংস্থু।

বলদেব — ফরে, ইবোতোন। নং গেরেজদগী কাব লৌথোক্লম্নু।

॥ লাইট ওফ ॥

## তরুক শুবা উৎপা

( হেমলতাগী-য়ুম। প্রকাশ, ইবোতোম্বী, বলদেব, অনন্ত, ডাঃ নচিংবা মমাম হেমলতাবু কোইশিন্দুনা লৈ।)

বলদেব — ডাঃ সাহেব, অনাবসিগী কোনডিশন্ ...।

ডঃ — ঐনা থুঙলবদা য়াম্ন রানা লৈরয়ে। থুঙলবগা ঐস্থ ট্রেঙ্কুলাইজর অমা পুস্ তৌজে। হেক্তিক্কি খরা ইৎপরনি।

অনন্ত — ঙসি য়াহৌরকপদগী হকচাং মুঙাইতে হায়বগী কোমপ্লেইন অমা তৌই। ঐস্থ বাজারদা ঙহাক্ত য়োথোক্লুগে খল্লম্নি। ঐনা কি-শেংনা লোয়বগা পাবুং চৎখ্নু তোক্লো হায়বদগী ঐস্থ মহাক্কী মওং মতৌ ঙহাক য়েংঙী। কুইদে, পাবুং ঐ করিনোমা তৌরে হায়বগা কৌবা খুমদে। ইবোচা কৌহল্লগা ডাঃ সাহেবতা টেলিফোন তৌহল্লি।

মশা পুম্বা হুমাংনা পুমচোং চোংখি । ওহাক্তং মতুংদা ইমা, ইমা হায়না কৌরক্ ই অদুগা পাবুং ঐ ইমাগী মতুং ইনখ্রেগে হায়খি । ঐনা হুপিমচা মহ্ হায়ইদে করিমত্তা তৌরোয়, ইবোচা থাহনা ডাঃ কৌহনখি হায়না ঐনা অস্মম থেম্মী । মহাক্ নাহেয়ক্পদা মপান্দ ডাঃ সাহেবকী কার থাওবগী মখোল তাই । মহুদা মহাক্ প্রকাশ লাক্লে হায়রম্লগা কৌবা খুমখিদে । ইবুংঙো অনিসিগী মরক্তা প্রকাশ হায়বহুদি মাওরিবরা ?

প্রকাশ—ঐ খুরমজরী পাবুং । ( খুরম্ব )

অনন্ত— প্রকাশ, ইপানা নংঙোন্দ অমুক করি হায়নি । সমাজকী মনুং চন্দ্রবী, মমা লৈজত্রবী, মরাইনক্ থীরবী ঐগী ইচা লতাবু নহাক্ সমাজদা চিংখৎপিরগে হোৎনবিরম্লীবা ইবুংঙো নহাক হুডাই য়াইফনা পাম্ভু । মপোক্ মপোক্ খুদিংদা তয়াগী মকোক্ থঙবা ওইয়ু । ইপানা বর পিরিবাসিনী ।

( মমীওগী পি তৈথোক্লী । )

হেমলতা - প্রকাশ, আঃ…আঃ…প্রকাশ… ।

প্রকাশ—লতা, লতা, ঐ ননাক্ত লৈ । নং করিগী কাপি । করিমতা চিংনগনু লতা, ঐ লৈরী ।

( প্রকাশ মপি তৈথোক্লী )

বলদেব—ডাঃ সাহেব, নুপীমচাসিগী মতৌসে মেংবা হুডাইরকত্রে । করি তৌরগা অসিবু…… ?

ডাঃ— তৌগদবা হায়ববু ভেলোরদা পুবা নন্তুনদি পাম্বৈ লৈতে। ফিভম অসিদদি য়াখিরোম্ব। ঙসিসিমতং তঙায়রগা হয়েং ফ্লাইট তা চংপনা কৈ।

অনন্ত—মুপিমচাসে ভেলোরদা পুবা তারবা ?

ডাঃ—অমুকতং লাইবক য়েংবনদি চুম্মী।

ইবোতোন—পাবুং, অদো ঙইরবোইদি কনা কনা থোঙশানবা তারবা ?

বলদেব—লতাখোয়গী তাদগা, ঐগা, প্রকাশকা, ডাঃ সাহেবকা চংপা তারে। ইবোতোন নং মমাগা, মচলগা থরা য়েংথোক-লম্মু অহুগা তাদখোয়গীম্ব ··· ।

অনন্ত—য়ানি, ইবোচা লৈবীবনিনা। ঈ পাউ লৌথোক্ লৌশিন অম্মুম তৌবিরবস্ব কাইদে।

ইবোতোন—করে, মসিদা অম্মুম লেপ্পরসি। অসোমগীসে ঐ লোয়না কনবা হোৎনজগে।

॥ লাইট ওফ ॥

## অহুম শুবা অঙ্ক

### অহানবা উৎপা

# Cancer Institute Valore, Madrass

( হেমলতাগী ওপারেশন। বলদেব, ডাঃ সাহেব; অনন্ত ঃ সুঃ প্রকাশ ওপারেশন থিয়েটার গী থোংজিন্দ লেপ্তুনা লৈ। অমগা অমগা ৱা ৬াংনদে। প্রকাশ হঙ্গৎ-হন্দা চত্তুনা লৈ। ডাঃ অমা থোরক্ই। )

ডাঃ—হু ইস্ দি কাদার ওফ হেমলতাদেবী?

অনন্ত—আই এম হিয়ার স্যার।

ডাঃ—প্লিজ পুট ইয়োর সিগনেচর হিয়ার।

প্রকাশ—ডক্টর, ওপারেশন্ ষ্টারটেড? [ অনন্ত সহি তৌবা ]

ডাঃ—ইয়েস, মে গোড্ ব্লেস্ ইউ।

প্রকাশ—সেইম টু ইউ ডক্টর। ( ডাঃ থোক্ খিবা )

বলদেব—তাদা মুপিমচাসিগী অনাবাসিবু করিদগী ওনখিবনো?

অনন্ত—মাগীসে অহান্বদা টোনশিলাইজ লৈরম্মী। চহী ২।৩ মতুংদা কোরোনারী থ্রোম্বোসিস তাথরকই। মসি লায়েংবদা ডিব্রুগড় য়েৌরুরে। মতুংদা কলকত্তা চৎ রুই। কেস্ অসে ক্যান্সার ওন্থরক্পা য়াই হায়না কলকতদগী হায়রকই।

বলদেব —অনৌবা অনাবা সে থায় পুন্নমক্না কিনৈ। টিউবর কুলোসিস মমাঙৈদা মীওইবনা য়ান্ন কিনরম্মী, হৌজিক্তী য়াম্ন লাইবে হায়বা য়াম্ন। অস্ম ক্যান্সারস্থ মতিক চানা রিসার্চ চাথবগী মতুংদা লাইরক্নি হায়বসে মীওইবনা থাজনরি। (মতমসিদা ওপারেশন থিয়েটারদগী ডাঃ অমা কেপ্ গ্লোকস হুক্তোতুনা থোরকই। ওপারেশন সাকশেস. হায়বমগা অস্থম চংখি।)

(লতাগী বেড্ প্রকাশ ১মং অনন্ত লতাগী মনাক্তা কম্মী। লেডী ডাঃ অমা চংক্কৃই। লতাগী হকচাং য়েংবা লোয়রগা রিপোর্ট ইরী।)

অনন্ত — (মবুকনীংদা) ইবেন্মসিবু মৈতৈ মানখে দা। ম্যাডাম, আর ইউ মনিপুরী?

লেঃ ডাঃ — য়েস্ স্যার, ঐহাক্ মৈতৈনী।

প্রকাশ — ম্যাডেম, নহাক্পু কদাইদনো অমুক উখিবগুম তৌই।

লেঃ ডাঃ — মুন্না অমুক্তং থন্থখিরগা ··· ··· ।

প্রকাশ — নত্তে, নহাক প্রমিলারা? নোংমা ঐগী সাইকলনা থেংখিবদো?

লেঃ ডঃ — ওইরমগনি।

প্রকাশ — তৌবিমল থওদবনা কৌত্রিবরা?

লেঃ ডাঃ — নত্তৌ য়েংবনি।

অনন্ত — ইবেন্ম, নংবু মণিপুরগীরা?

লেঃ ডাঃ — মানি পাবুং।

লতা — পা···বু···ং, ঐ চাক লাম্লে।

অনন্ত — মুপিমচা চানি ইচাশিদি।

( তাজ্জাসিদা ডাঃ তোম্ব ১স্নং বলদেব চঙঙকই।)

লেঃ ডাঃ — চাক্‌তি হৌজিক পিজবা য়াখিরোয়্‌।

অনন্ত — করিদি পিজবা য়াগনি।

লেঃ ডাঃ — হৌজিক ল্লকোজ কাপকনি। মসিনা অত্নম।

ডাঃ তোম্ব— ইবেম্ম নহাক সিদা লৈরকপসে চহী কয়ামুক্‌তি কারে।

লে ডাঃ — ঐনা অসিদা লৈজরক্‌পা চহী অনি কাজরে।

ডাঃ — ইবেম্মদি কদ্ম ডিপাটমেণ্টতা ?

লে ডাঃ — ঐহাক্‌ বেডিও থেরাপি দা শুজরি। কোস'স্নু লোই-শিল্লক্লে।

লতা — ( তপ্না ) প্রকাশ, নং ডাঃ অসিগা খঙনবরা ?

প্রকাশ — খঙনৈ।

লতা — করম্ন খঙনরিবনো ঐ অমুক্তা ভাগে ?

লেঃ ডাঃ — ঐ তমজগে ইচে। নোংমা ঐনা কলেজ কাবদা তামোসে সাইকল থৌতুনা লাকই। তামোগী সাইকলগা রিক্সো অমগা থেংগ, ইনবদগী ঐপোনরোমদা পাইশিলক্‌না ঐগী খোঙ খয়া শোক্‌খি। তামোনা ঐবু প্রাইভেট ক্লিনিক অমদা হিদাক্‌ লাংথক্লচাংবা ব্যাণ্ডেজ কিশিলহল্লগা য়ুম তানা থীনবীরম্মী। মতুদা খঙনখিবনী।

লতা — ইনাণ্ডী মীংনা করি কৌবগে ?

লেঃ ডাঃ— ঐগী মীংদি প্রমিলা কৌজে।

লতা — ইনাও শক্লবী, ঐ নংগী নফমদা খন্না লানখে নং ঐবু রারৌনু। ঐবু নংনা নচেমক খল্লবদি বা অমতং হায়গে।

লেঃ ডাঃ — ঐগী ইথক ইচেগী অরাঙবা করিমক্তা লৈতে। ইচেনা করি হায়বিগদবা তাকপিউ।

লতা — ( তপ্না ) পাবুং, পাবুং ঐ চংলগে নং ঐবু বিদায় পিনবীরো।

অনন্ত — মুপিমচা, করিনো নংনা হায়রিবসিবু ইপাদি তৌরিবসে মঙগুম খল্লে। হায়হৈদে মুপিমচা মতু হায়মু।

( পি তৈথোক্লী )

লতা — ইনাও, ঐগী পুন্সিগী অরোইবা য়াহিপকী মীংকুপ অসিদা নঙোন্দ করিগুম্ব অমা শিন্নরমগে। ঐগী অমত্তা ঙাইরবা প্রকা ...... ।

প্রকাশ — ( মচিন মেল্লী ) লতা, লতা নঙ মতু হায়মু লতা। নঙ করিমু তৌরোয়, করিমু তৌরোয়। ঐঙোন্দ য়েংঙু। করিগীনো নঙগী নমাই অতুক শুপচিল্লিবদি।

( মমিকুগী পি তৈথোক্লী )

লতা — প্রকাশ, হন্দক্কী মপোকসিদা নংগী নীঙবা থুঙহন্ন ঙম-খিদ্রে। লাক্কদবা মপোক্কী দমক ঐ নঙবু ঙাইতুনা লৈর-মগে। অদুগা হন্দক্কী মপোক্ অসিদা নংগী দমক ইনাও প্রমি ...... ।

লে. ডা — ইচেম শক্লবী, ( পি-তৈথোক্ন ) নীঙোল ওইবীশিংগী মপোক্‌স য়াম্ন তোল্লি। ঙসি ইচেমনা তাকপিরিবা

রাফমসে হায়বীগনু। ইচেম লৈনা লৈনা ঙসি ঐনা প্রকাশকী দমক …… …। অহ্গা ইচেমবু য়েংহ্না প্রকাশ। …। 

লতা — ইনাও, নঙ ঐবু শাউনু ঐবু অমুক থান্নু ঐ য়াত্রে। ঐগী অরোয়বা মতম য়োরে। ঐনা চৎপগী মমাঙদা ঐগী প্রকা … আঃ … আঃ।
(প্রকাশকী মথুৎ পাইরগা প্রমিলাদা শিন্নবা।)
ঐগী প্রকাশ, নঙোন্দ .. শি … ন — র . ম' …… …। শিথিবা )

প্রকাশ — লতা, লতা … লতা।

( লাউনা কৌরগা কপ্পা। )

অনন্ত — ( কপ্লকপ্ল ) মুপিমচা, নঙনা ঙসি তৌরম্লিবা অসিবু করি মঙো কৌবগেনে। ইপাগী ইবেম্মা লাইবক চাউবী। নঙবু অমুক্তা পাবুং হায়না থুম্লকউগবদো মুপিমচা …।

॥ লাইট অফ ॥

## ২ শুবা উৎপা

(সন্ধ্যা য়াচংবা মতমনি। নুমিংকী ঙাংলৈনবা মচুনা লেই-কৃগী ঈশিং ঈপোম মথক্তা মমী তারি। লেইক মপান্দ হৌরিবা মথল মথেল মচু কয়াগী লৈ-না অমরা বতি শুম্ন কজহল্লী। মলয়া হুংশিং নামিবনা লিরি লিরি হুম্নগ।

লোয়ননা লৈরাং লৈনমনা লৈইক অদো অতৈস্নু থৌগৎ-
লি, ফজহল্লী। ঙসিদি আনন্দীস্নু মহৌশাগুম নংখীদ্রে।
খামেল মচুগী ফনেক অমা শেংচিল্লগা অঙৌবা মোইরাং
ইন্নফি অমা ইল্লি। ঈঙাং মচুগী ফুরিংনা মহাক্কী
পাম্বোম অনিবু থৌগৎপা উরগা ঈশিংদা লৈরীবা থরো
থম্বালনা ইকায়রহনা মীৎচিনা কোইনা কোইনা
য়েংলি। খজাইদা চোমথরক্লিবা শমনা শিংনা মাই-
পোংগী থৌগৎপা উরগা থা কৌবা লাইনা ঈকায়রহনা
নোংলক্তা লোৎলী। মীৎস্না থম্বালগী মুংশিরবা মীৎ-
য়েংনা শুম্ফাৎখিবদা শজী শঙাইশিংনা মবাই লুকনা
লৈখি। লেইক মপান্দ লৈরীবা বেঞ্চ মথক্তা ফম্লগা
হৈজিৎ লাঙনা লাঙনা রাখল কয়া কয়া খল্লী। তাক্তা
সিদা ইবোতোন লাক্লি। ইবোতোন তুমিন্না আনন্দী গী
মতৌ অদো য়েংঙী। ঙহাক্ মতুংদা মনাক্‌ নকশিল্লগা
নাকোং ময়াদা কন্না খৌদেম্মী।)

ইবোতোন — ( খৌদেম্ব ) অঃ .. অঃ ... অঃ ...।

আনন্দী — ( ঙক্র ] হৈমা, ঐদি, উপাল থক্তগী হঙোই খোঙ-
লিবোম্ন নীঙলুরে।

ইবোতৈান — শোয়দনমক্কী নহাক্ হঙোং পোরোবীগী রাখল
তৌরমগনি।

আনন্দী — মরোয়, ঐ করিনোমদা ম্যান্ন কন্না খল্লুরে।

ইবোতৈান — করিনোমা হায়বা কৰিনো? ঐম্ন খঙনিঙবসা করি-

নোমা তৌই ? ...

আনন্দী — তামো, ঐঙোন্দ করেম্নবিরহ্নদা।

ইবোতোন— ফরে, রাকমসে তোক্লো। নংনা ঙসি ইনৌ নৌনা মফ্মসিদা ফম্লমবগী মরম করিনো? ঙসি নংগী কেবা মৌবাসে উরগা আপনগোড্ ঐগী ভাবসে চোইরক পগুম তৌই।

আনন্দী — পুলিশ ইন্সপেক্টর অমনা অদুক থুনা ভাব চোইবিরবদি ক্রিমিনেল শিঙনা এড্ভান্টেজ লৌথিরোয়দো ?

ইবোতোন — অদু ওইরবস্মু অহক্কী মতিক লাক্চবদি য়ারোয়। য়েংঙোয় আনন্দী নং ঐগী শাজংসে ডাঃ সাহেব না থরা খঙবগুম তৌই। ডাঃ সাহেব না খঙলবনিনা পাবুংস্মু খঙলম গত্রা হায়বসে ঐ থরা চিংনৈ।

আনন্দী — পাবুংগী বাদি খঙদে। ইমানদি নোংমা "নুপিমচা, সমাজকী মীনোক্ চংলকনি, থরা চোকশিন্না চৎলু" হায়না পাউতাক্ পগুম করিগুম হায়থি। অদুবু তামো ঐগী পুন্সীসে ইমানা হায়বগুম্ন সমাজগী মীনোক্ ওইনা লৈগদৌরিব্রা খঙব্রে ?

ইবোতোন—মতুনহাক্কী শেলফ রিলাএন্স রাৎপননি। মসি নুপি শিংগী মফমদা য়ান্ন উবা ফংঙি। মরমদি ঐখোয়গী সমাজদা লৈরীবী চনুশিংসে ইমুং মনুংদগী হেন্দোকে। ইমুং মনুংদা কনফাইগু ওইনা লৈবগী মরমনা মহাক্কী রাখলস্মু নোংমা নোংমাগী অস্থুম অস্থুম পিকথরক্কী। মহনা করি-

শুন্ন থবক অমা পাংথোক্পদা মশা ফাউবা থাজগন্দে।

আনন্দী — থগুদ্রে, তামো, নথোয় নিপা হায়বগী জাৎসে থাজ-নিঙায় লৈতে। পংলবী মুপি ওইবী শিংগী অরাবা মুপাশিংনা থগুবিরম্নবদি সমাজদা লৈথা তানা লৈ ্রীবী মুপিশিংসে অরাবা নগুলোয়দবনি তামো।

( থাবল মঙ্গলনা মাইকৈ অমরোমদা লুপা মচু খিকথে্। মাইকৈ অমরোমদা নোং-লৈম অহুগা নোংথাঙ লৈমনা মতারোয় শীংগা হরাও মীনোক লোয়ননা জগোয় শানা শানা মাইকৈ তমনা লাক্লি। অহ্ ফাউবা মথোয় অনিগী বাবী লেপ্প নাইদে। )

ইবোতোন— আনন্দী, সংসার অসিদা অমনা অমবু থাজনব্রবদি সংসারসে পানবা য়ারোয়। থাজবগী মথক্তা মীপুম খুদিংমক্ক মাগী মাগী থৌরম পাংগোক্লরিবনি। নং ঐবু থাজো। তশেংবমকী আনন্দী, নং ঐগী নুঙায়বা মতম লাক্লে। নং য়ারন্।

আনন্দী— তামো .. ···।

ইবোতোন—য়েংঙু আনন্দী; নোংচুপ লোমগী অত্তিয়াদা নোং মপৈনা ঐথোয় অনিগী ইত্তৌ য়েংলগা হরাওবা উৎলি-বসে। ঙসি অসিগুম্নবা মীৎকুপ অসিদা নোংলৈমনা শাক্ষী ওইনা ঐথোয় অনিস্নু মীৎকুপ অমগী ···।

আনন্দী— তামো ···! (তুজুংবা পোকপা)

ইবোতোন—ঐগী খৌরাংনা কংলবা থম্মোয়সে আনন্দী ঙসিদি মীৎকুপ অসিদা ···। ( পাম্বীদগী লৈ অমা হেক্লগা )

আনন্দী, ঐগী থম্মোয়না পামজরবা নহাক্ অসে ঙসিদি পুন্সীগী অহাম্ব ওইনা শমজীদা লৈ অসে থেৎচিনবীবমগে লাউ। ঙসিদি ঐগী ব্রা নহাক্ হিক্তোক্লন্নু।

(ইবোত্তোননা আনন্দীগী শমজীদা লৈ থেচিল্লী। তাঙ্গা-সিমক্তদা নোং মপৈনা থাজ কৌবা লাইবু কুপখিবা খঙ-হৌদে, মাইকৈ পূম্বা পুমমম মমশিনখি। নোংলক্তগী নোংথাং লৈমনা মশাগী মঙাল ফুদোরক্পগা লোয়ননা থুবাক মুখি।

তাঙ্গসিমক্তদা টেবিলদা লৈবীবা ঘড়ীদগী বেল কম্না থিকলি। ইবোতোন মমীৎ খঙপাং পাংখি। তুম্নম্বাদগী ফুক হৌগৎভুনা বাথ রুমদা ইরুজবা চঙখি।

॥ লাইট ওফ ॥

## অহুমশুবা উৎপা

মফম — অনন্তগী শঙ্গায়। মতম—অয়ুক।

( অনন্ত মচানুপি লতাগী ফটো অমা খুত্তা পাইরগা কপ্প কপ্পহনা তেংথারকই। )

ইপাগী ইবেম্মা লতা, নঙনা পাবুংবু অব্বাবদা থরম্নগা মুঙাইবগী য়াহিপ তানখে্রদো। পাবুংবু কনাগা লৈহৌ হায়রিবগেনে মুপিমচা। অঙাং ওইরিঙৈদা পাবুং পোবিউ হায়না নিঙায় তৌবদো ঙসিদি পোবিরগে লাকওগবদো

নিঙায় চাউবী। পাবুং নং ইমুংগী থবক্কী করিমত্তা চিংনগনু ঐনা লোয়না কনবা শিনগনি হায়রম্বদো হৌজিক কদায়দা লৈবীবগেনে নুপিমচা।

( থবাক্তা খুদুমনা শুরগা ভেংথানা খোঞ্জেল রাংনা কপ্পী। ভাঞ্জাসিদা বলদেবকা, ডাঃগা চঙলকই।

বলদেব — ভাদা থোক্পগৈ থোক্খে ; হৌজিক্কী থম্মোয় চাউথৎপিউ। মসিদা ভেংথারুদুনা করি কান্নগনি। মসি ভাইবং পানগী হৌনশানি। চংখীবা মহাক্কীদি হুঙায়বা হায়বদো ওইখে। লৈহৌবিবা ঐখোয়তগীনি অরাবা। হৌজিক করি ভৌদগা নুপি মচাসে লানবা য়াগদগে থম্মবসি।

অনন্ত — করি ভৌরুনি ইনাও ঐ লৈরুদুনা। ঐবু অস্মুম্ন কয়া রানা লৈখিগদৌরিবনো, মফম অসিদগী ঐবু লেপ্প অস্মুম লৌশিনবিরোগবা হে প্রাননাথ।

( ভাঞ্জাসিদা প্রকাশ, ইবোভোন চঙলকই ডাঃ প্রমিলা সু তুংদা মাঙদা চঙলকই।)

প্রকাশ — ( অনন্তবু খুরম্ব ) পাবুং ঐগী অরালবা খুদিংমক ঙাক্পিউ।

অনন্ত — ইচানা করি লাল্লুনি।। লাল্লিবদি ঐনি, অদুনা ওসি অস্মুক অরাবা নংলিবনি। ইচাদো কনাগীদা, করম্ন লৈরমগদবা। মানা ঐবু ওস্থোরু চাকহলম্নগা চংখে। মতমপুম্বদা পাবুংগী রাদনবা হোৎনবদো

ঙসিদি ইচাহুগী মশক ফাউবা উবা ফংখিদ্রেদো ইবুংঙো।

( কপ্পা )

ডাঃ — তাদা, তপথবিথো। করি তৌরুনি, কনাদা তাইনরুনি পুম্নমক ইবুংঙো মাগী লীলানি। হৌজিক ময়াম্ন নুপি মচা অসিগী মমীংদা মহৈশঙ অমা লিংখৎপা হায়না লেপ্পরি। মসিদা তাদগী মোত অমতংদি ..।

অনন্ত — ইচা লৈখিদ্রবদবু হৌজিক মহৈশঙনা করিনো তৌরুগ-দবা। ময়াম্ন অম্মম ফৈ হায়বাহুমক চথশিউ, ঐগীদি অমুক করি হায়নি।

বলদেব — ফরে, ময়াম্ন লেপ্পরিবা ৱাফমসিমক অস্মুম লেপ্পরসি। মহৈশঙ অসিগী মরিদা মানা মানা অঙম্ব তেংবাং বিহুনা নুপিমচাসিগী নিংশিঙ খুদম ওইনা কেন্সর ইন্সটি-টিউট অমা মনিপুরদা লিংখাৎপসে য়াম্বনা দরকার ওই। অহনা নহারোল নথোম্মনা মসিগী থৌরম অসিবু মপুং ফাহন্নবা হোৎনরো।

ডাঃ— ঙসি লতানা লৈবিদবসে ঐখোয় থ্বায় পুন্নমকস্মু হুণ্ডায়তে। অহুম ওইনমক মুণ্ডায়তে হায়হনা করি তৌনি। ঐখো-য়না চথ্বগদবা থৌরম খুদিংমক পাংথোক্পগা লোম্বননা মহাক্কীস্মু স্মৃতি অমা থম্বনদি চুম্মী। অহুনা তেংবাং-বগী ৱাফম লাক্পদা ঐস্মু মসিদা অঙম্ব থরা তেংবাং জগে।

প্রমিলা — লাইবক চাউবী ইচে লতা ঐগী পুন্সিগী অহাম্ব ওইনা

মাদ্রাজদা লায়েংবদা উন্নজে। মহাক্কী অনাব ফনবগী হোৎনবদা অত্তোপ্প ডাক্তার শিংস্থু থরায় য়াওনা হোৎ-নখি। অদুবু তাইবং মীওইবাশিংসে নোংম নত্রে নোংমা শিগদব লৈরবনিনা মহুগীস্থ মর্থক্তা অনাব অদুস্থ অরা-য়বা নত্তবমিনা মহাক্ সংসারগী য়াংমা লানথে্। ইচে লত্তা না পিবিরম্ব পাউত্তাক্ ঐগী পুন্সি অসিদা কৈদৌঙৈদস্থ কাওবা ঙমলোয়। মহাক্কী আত্মাগী শান্তি ওইনবা ঈশ্বরগী মকমদা হুন্না হুন্না থুরমজবি। অদুগা ময়ামনা মহাক্কী স্মৃতিদা ইন্সটিটিউট অমা লীংখৎক দৌবা অসিদা ঐস্থ থরা তেংবাংজগে।

ইবোত্তোন— ঙসি ইচল লত্তানা লৈখিদবা অসিদা মহাক্কী স্মৃতি ওইনা মহৈশঙ অম লীংখৎনবা খ্বায় ময়ামনা য়ারেপ তাবিবে। মসিদা ঐনা হায়জনীংবদি মহৈশঙ অসে "দি হেমলতা ম্যামোরিয়েল কেন্সর ইন্সটিটিউট," হায়না মীংথোপ্ন পামজে অদুবু ময়ামগী মোত্ত অমতং।

( ময়াম তুমিন্ন লৈবা। )

ময়াম — কৈ, কায়দে ইবুংঙো।

ইবোত্তোন— মসিগী ইন্সটিটিউট অসে লীংখৎপদা শেল থ,মগী য়াম্ন মথৌ তাই। অদুবু খ্বায় ময়ামনা তেংবাংবা অসিদা ঐস্থ থরদং তেংবাংজগে।

বলদেব— তাদা, তাদগী মথা তাবা থবক চত্থবিয়ো অদুগা লৈরিবা পুন্সি অসিদা করম্ন লেন্নগা মুঙায়গদসে হোৎবীবো।

তাদগী দমক ঐখোয় খ্বায় লৈরী। মসিদা কবি অমত্তা চিংনবিরুনু।

অনন্ত— ঐগীদি কবি তৌকনি। শিংদি বফাউদি ইচাগী মৈচাক্ কোক্পা ঙমলবোয়। অদুগা মহৈশঙ শাগদবা শেল থ্মদ ঐগী লৈরীবা সম্পত্তি পুম্নমক কথোক্লগা ঐ শ্রী বৃন্দাবনদা বাস তৌজখ গে।

ডাঃ— তাদনা পূর্রিং অহক শোন্থবিবিবদি করিগীনো? হৌজিক মক্স মফম অসিদা লুঙায়না লেনবা যারী। বৃন্দাবনদা বাস তৌদ্রবসু অন্দাই অন্দানি। মচু থনবিগনু।

অনন্ত— তাদ, পূর্রিং যায় চাউখৎপিউ করিগুম্ব মথৌ তাবদা ঐখোয় লৈবী। ঐখোয় মসিদগীদি ইতৎ তত্তনা তাদগীদা লাকনি। মতমসু থেংনবনিনা ঐখোয় ঙসিদি য়োঁজখ্গে।

[ময়াম খুবম্নবা]

( অনন্ত কপ্ন কপ্ন লৈহৌবা। )

॥ লাইট অফ ॥

## মরিশুবা উৎপা

মফম— বলদেবকী শঙ্গায়। মতম—অযুক।

(বলদেব, ডাঃ, মোহিনী, আনন্দী কমদুনা বারীশাবী )

বলদেব— নুপি মচাদো লুঙায়ত্তে। মমা লৈতবীগা ওইবনে; মতমপুম্বদা পাবুং, পাবুং হায়না শিখি। হা কৃষ্ণ, এদো-

কপা তাইবং পাননিকো। মপাবুং অহুনা মচাগুপিগী-ফোটো য়েংলগা লাউ-খোঙনা কপ্লদো উবদা থম্মোয় পুবা ওমদে। হৌখিবা রা নিংশিংহুনা তেংথাবা হৌই। তৌরম্লিবা মতৌ অদো য়েংহৈবা পোৎ নত্তে।

মোহিনী— রারিদি অসুম তাই অহুবু সুপিমচা অদো নোংমতা ইম্বিং অসিনা উজহৌদে। করম্লবু তৌরমগদবা। রারি তাবদা ঐস্মু মুত্তাইজদে। অসুন্ন থোক্কনি খঙলম্লবদি করিগীস্মু ইমৌ ওইদনি?

( প্রকাশ চঙলকই, চেয়ারদা ফমযৈ, )

ডাঃ— তাইবং মীওইবাশিংসে অসি ওইনি কনা অমত্তনা হায়বা ওমদে মেম সাহেব। মরাইবক থরিবী লৈথা তাগদৌরবী মুপি ওইবীশিংবু ঐখোয়না খজিক্কং য়েংবিদ্রবোইদি সংসার অসিদা ঐখোয়না মী-ওইনা পানবগী করিস্মু কান্ন-ফম লৈতে। কনাগুম্বনা মরাইবক ফবনা মুত্তাই য়াইফবা ইমুংদা পোক্লুই। অহগা কনাগুম্বনা মরাইবক্তা তম্লকপনা অরাবা ইমুংদা পোক্লুনা অরাবা কোঙ্গায় নংঙি। অহু ওইহুনস্মু মরাইবকথিরবী শিংবু ঐখোয়না মিরাইফম থোক্কে। মীওইবা হায়বসে হুম্নেং অসি ওইনি হায়বদো কনানা তম্ব ওমগনি?

আনন্দী — ঐদি ইনম্মদো অমুক ফাউবা উজহৌদে। মাগা উনজ-রুম্লবদি মানা ঐবু করামুক য়াম্ন লুনা তৌরমগনি। ভেলো’গী কেলয় হোসপিতালদা লৈখিদে তাবদা ঐস্মু

য়ায় হুণ্ডাইত্তে, থম্মোয়সে পুব ঙমদে । ( মমীত্তগী পি ভৈথোক্লী । ) অসিগুম্বসে খল্লুরগা আংকল, ঐদি মীগু-ইনা পোক্‌পসে তল্লিবো ।

ডাঃ — নঙনা হায়বা চুম্মি হুপিমচা । তাইবংপান অসে খল্লুর-বদি তল্লি । অদুবু কনাদা তাইনরুগনি । অসিমক্তদা তাইবং মীওইবা ঐখোয়না মানা অদুনি মানা আদানি হায়দুনা খৎন চৈনরিবা প্রলোয়নি ।

মোহিনী — হৌজিক্তি কত্তবী হায়বদা ঐ ইথস্ত তাবনে, তারবা । কনবা শিংবস্ম কত্তবা তারবনিনা ঐত্তা খিত্তা ভাংজ খ্রোয়দা ।

বলদেব — ডাই পোনে মমা । নঙবু হায়না তান্নবা ওস্মোক্ল রাখে । ডাংনরিবা রাকমসে নংগীতা নক্তেনে । সংসার অসিদা কনাগুম্বনা চংনরিবা মওং মতৌ অহুবু হায়বনিনে । ওস্মোক্ল পংখে দা নঙসে ।

মোহিনী — পংঙি হায়হনা ময়ামচংনা ঐবু কত্তবী, হায়না তান্নবা ইনগন্দবী তাহনবনি । করে কত্তবী ঐবু ইপামদা থিন্দোক্‌পিরো । ( কপ্প )

আনন্দী — ঐখোয় ইমাসে করিনো খঙদেবো । ইমাবু হৌজিক পামদা থিন্দোক্‌পগী মত্তময়ো ।

বলদেব — প্রকাশ, নবুক য়াম্না ফাজিন্নু হুপামচা, পাবুং বা হায়গে তাউ ।

তাইবং মীওইবা হায়বসে করিস্ম লৈত্তে সমক্রুগী

কোঙ্গোল গুম্বনি। পাউরৌ নৈবনি, "ঙসি শিনি পাউ-ত্তাক্তে, হয়েং শিনি পাউজেন্দে"। অহ্না নরাই লূকনা করি তৌরগা ফগদগে খন্দুনা চংকদবনি। মীওই-বগী পূন্সিদা অৱা-অনাগী নোংলৈ সংশিং কয়া য়ৈবৈ। অত্তবু অৱা অনা-নংলে হায়ত্থনা কোইলাউ লাউনা চংপদি য়াত্রউ। য়েংঙোই, রামায়নদা য়াংবিবা রামচন্দ্র হায়বদো লাই নত্তে মীনি। অত্তবু মহাক্পু খ্‌ায়ময়ামনা শোম্ন-বগী মরম্‌দি মহাক্ পুক্নি' য়াম্ন চেৎলি. করিগুম্ব থৌদোক্ অমদা খাম্ন লুনা খন্দে। অমনা মহাত্মা গান্ধীবুস্নু মালেমসিগী মীপুম খুদিংমক শক শোন্নৈ। মত্তগী মরমদি বৃটিশশিঙবু মানা থেম নৌনা ভারতপু নীংতম্ব পিখি। মলেচ্ছগা শীংনত্থনা ভারত নীংতম্ব লৌবা য়ারোয় খনবদগী থেমনৌবা হৌখি। মসি গান্ধীজীগী চাউরবা রাজনীতিনি। পঞ্জাবগী জালিয়ানৱালাবাগদা বৃটিশ সিফাই শিংনা মী কয়া হাৎখী, অত্তবু গান্ধীজীনা মহ্গী লম্মন খুম্মু হায়খিদে। লম্মন খুম্বগী মঙত্তা থম্মোয় ১স্নং পূক্নিং চেৎনা লাকশিন্দ্রনা শাইবা কনবদগী বৃটিশ শিংবু খুত্থম চনখি অহ্গা ভারত নী'তম্ব পিবা ঙমখি। নহাক্সু থৌদোক্শিং অসিগী মরিদা পুক্নিং লাক্শিন্দূনা থম্মোয় চেৎপা তম্মু।

প্রকাশ— পাবুং, নচানা পাপি ওইবদগী পুন্নমকসে থোক্খিবনি। ঐগী অরানবা খুদিংমক ঙাক্পিগনি। ( খুবস্ব ]

অহুগা ইম। ঐগী ইরমনা ইমাখোয় চাকম থককম খঙদব মখৈ পংরা রারে। মচা চাওরক্লগা মমা মপা নুংঙাই হায়নৈ। অদুবু ঐ পোকপদগী পাবুং ইমাগী নোরোক তাবা হায়বদো ওইরে। মসি ঐনা মূর্খ ওইবদগী খোক্লিবা ঙাক্তনি। ঐগী অরানবা খুদিংমক ঙাকপিউ ইমা! ঙসিদগী ঐ অফবা ওইজরগে ইমা, নচা ঐবু বর পিনবিউ। ( খুবমহুনা কপ্প )

মোহিনী—( কপ্প কপ্প ইমাগী ইবুংঙো প্রকাশ। নঙ ঙসিদগী ফবা ওইরো। মতম পুম্বনা লাই গুরুশিংগী সেবা ফংহনা নমান্নবা শিংগী মকোক থঙবু ওইযু ইচাশিদি, ঙসিদগী ফবা ওইরোকো, নহাক নুংঙাই য়াইফনা পাল্লু ইমানা বর পিরিবসিনি। ( বরপিবা )

ডঃ - পি তৈথোক্লগা প্রকাশ, আংকল অস্তক কুইবসে নীংবা থুঙদহুনা লৈরম্লীবনি। ঙসি নংগী নত্তো অসে উরগা আংকল নুঙায়বগী ঙমখৈ লৈত্রে। হৌজিক ঐ শিরবস্থ পেল্লে। মতম খুদিংমক্তা করিগুম্ব অমা তৌবদা কোক-ইংনা য়াম্না বাংলা তৌনা চথরগা পাংথোকলু, মহুনা খুাইদগী অহেন্ব ওইগদৌরিবনি। আংকল না হায়গদৌ-বদি নখোয় লাইরিক হৈবা নহারোল শিঙনা সমাজ অসিবু মতম পুম্বনা ফজহন্নবা অমদি চাউখৎনবা হোৎন-গদবনি।

প্রকাশ- আংকল, ঐগী অরাব্ব খুদিংমক ঙাক পিগনি। ( খুরম )

ডা :— মঙ্গল ওইয়ু। ( বন্ন পিবা )

( মোহিনী, আনন্দী স্তং প্রকাশ থোকখিবা।)

বলদেব—মরূপ, প্রকাশ অসে হৌজিক্তী য়াম্ন জ্ঞান তানা উন্নে। ঐস্ন মহাক্তী লৃহোং-থোংদোম্বসিমক্তং লোইথোক্ লম্লগা শিববস্ন য়াবে। স্তবা-নোম্বগী রাকমদি কোম্ন অতম মথং মথং লাক্‌খিনি। হৌজিক মওং করম্ন চথবগা ফগদগে মরূপ ?

ডাঃ— ভেলোরদগী লাক্কুনা লৈবী রেডিও থেবাপিষ্ট ওইবী ডা' প্রমিলা কৌবী স্তুপিমচাদো লিংসিংবনা ফগত্রা কবিনো ? মহাক্তী লৈফম-চাকম্নাচ'বা পাবী-পুবী মশক শুড়দোক্লগা মসিদা লাইবক চাং য়েং'বনদি ফৈ। মশক মতৌ হায়বে পংবাং রাৎপস্ন নত্তে। রাকমসিদা মেমসাহেব অমদি প্রকাশগীস্ন মোত লৈগনি হায়বসে ঐগী থাজবা অমদি পোকই।

বলদেব—ফরে, মরূপম্ন হায়বগুমনা ম'সিদা চথরগা লোইরে। অতগা মমাবুম্ন স্তুপি মচাসে অমুক্ত' য়েংহনবনদি চুল্লী, করি হায়বগে ?

ডাঃ – স্নাম্ন চুম্নি। মহাক্তীদি মমৌ ওইগদৌ'রিবনিনা মশানা মথুং চাবা য়েংজশনো।

॥ লাইট ওফ ॥

# মড়া শুবা উৎপা

# The Hemalata Memorial Cancer Institute

**IMPHAL :: MANIPUR**

[ ইনষ্টিটিউট অসি ইম্ফাল শহরগী মনাক মক্তদনি। লৌ পরি চামগী মথক্তা লুপা লাক মড়ানা শাবা ইম্ফালগী লৈতেং-কম ওইরবা চাউরবা মহৈশঙ অমনি। মহৈশঙ অসি পঙ্গাবদা হেল্থ মিনিষ্টরনা প্রধান অতিথি অহগা হেম-লতাগী মপাবুং অনম্তনা সভাপতিগী কমদা লৈতেং বীখি। লোয়ননা লমদম অসিগী অহৈ অশিং, অচৌ-অশাং কয়াস্ম শকক য়াবিখি। )

হেলথ মিনিষ্টর—ঙসি মনিপুর তম্পাক্ অসিদা থম্মোয় শেংবা অমদি পকচেল চাউববা মীওই কয়ানা কেন্সর ইনষ্টিটিউট অমা লিংখৎপিবা অসিদা ঐগী নুড়াইবগী ঙমখৈ লৈত্রে। ইনষ্টিটিউট অসে ইম্ফালগী লৈতেংকম ওইরবা অমদি মসিনা লমদম অসিগী অওনবা অমা পোরকনি হায়বসে ঐখোয়না থাজে। লম অসিগী ছাত্র ছাত্রীতা নত্তনা মপানদগীসু, মহৈশঙ অসিদা তম্ব য়ারগনি। লোয়ননা মনিপুরগীসু চাউখৎপা ওইগনি। মসিগীদমক মিনিষ্ট্রী কাওদগী ঐহাক্ লিশিং কুনমড়া তেংবাংজগে লোয়ননা

কেন্দ্রদগীস্ন চাউখৎপগী ম.ইকৈদা থরায় হৃকচাং য়াম্না নোমজগনি।

ডাঃ তোম্ব— ঙসি 'হেমলতা ম্যামোরিয়েল কেন্সর ইন্সটিটিউট" অমা ইম্ফালদা লিংখৎপসিনা লমদম অসিগী ছাত্র ছাত্রীশিংনা অমসুং নোংপোক্ লমদমসিগী ছাত্র ছাত্রী শিংদা ভোংবা'ংবা অমা ওইগনি হায়বসে ঐগোযগী থাজবনি। হেমলতা কৌবী নুপিমচা অসিগী লায়েংনবা মপান্দ চত্ত্বনা খুদোংচাদবা কয়া নঙখিবা অতুনা অসিগুম্ব মহৈশঙ অমা লিংবগী রাক্ষম খ্বায মযামগী রাণ্লদা চেনখি। অতুনা ঙসি ঐখোয় খায ময়াম চংতুনা কেন্সা ইন্সটিটিউট অমা লিংবা ঙম্লিবনি। নুপি মচাসিগী আত্মাগী শান্তি ওইনবা ঈশ্বরগী মফমদা হন্না হন্না খুবমজরি।

অনন্ত — ঙসি ঐগী লৈচিদ্রবী ইচাগী মমিং লৌতুনা মহৈশঙ অমা খ্বাযনা লিংখৎপিবিরসে ঐগীদি লাইবক য়াম্ন ফবনি। মহৈশঙ অমা লিংখৎপা হায়বসে অরায়ব থবক নত্তে। মসি লিংখৎপদা শরুক য়াবিখিবা মীওই খুদিংমক্পু ঐনা মশিং লৈতনা থাগৎচরি। লোয়ননা নোঙ্লু কপা উংচবি। ঐনা হায়জগদবা হায়ববু মহৈশঙ অসিদা নুপি নুপা খাক্তনা মহৈরোই শিংনা মহৈ তমদুনা চাউখৎপা ওইনম্নু। মসিতনি ঐনা ঈশ্বরগী মফমদা খুবমজবা। বাক্ষম অমনা মহৈশঙ অসি হিংহন তারবদা

থরায় য়াওবা অমদি অথং অহৈ থবগী মথৌনী।
অহনা ঐখোয় ডাঃ সাহেববু মহৈশঃ অসি যেংশিন
বিনবা হায়বদি ডাইরেক্টর ওইবীনবা ঐনা হৃঙংচপী।
লোয়ননা প্রকাশবু রিসার্চ স্কোলার অমগা প্রমিলাবুনা
ম্যানেজীং ডিরেক্টরগী থবক্তা মীৎয়েং চিংশিনজবি।

ইবোতোন— ওসি ইচল লম্ভানা ঐখোয় খ্বায় ময়ামবু অবাবদা
থম্মগা লুচাইবগী য়াহিপ ভানখে। অময়োমদা হায়ব-
বদা কবিম লৈমবা খোঁদোক্ অমনা খ্বায় ময়ানগী
মীৎয়েং চিংশিনবা ওস্লিবসে মহাক্ অচম মীওইদি নত্তে
কেন্সর হায়বা লায়না অসে হৌজিক্তী মতমদা মীপুম
খুদিং মক্না কীনয়বা অমদি মমিং পনবদা হঙ্গোয়নরবা
লায়না অমনি। কনাগুম্বদা অসিগুম্ব লায়না অসে
থোক্‌পদা মতিকচাবা লায়েংফম লৈত্তবনা মসিগী
খুদোংথীবা কয়া নংঙি। মনিপুরদা অসিগুম্ব লায়েং-
ফম অমা লৈত্তবনা ইচল লম্ভাসু খুদোংচাদবা কয়া
নংখি লোয়নবা শিবা ভাখি। লাইরবা শিঙনা লুপা
পৈশা শেল-থুম খুদোং চাদবনা মপান্দ চত্তুনা লায়েং-
বা ওমদে। অহনা ওসি হেমলতা ম্যামোরিয়েল কেন্সর
ইন্সটিটিউট অসিনা মনিপুরগী লাইরব কয়াগী মপুন্সি
হুপকৎপা ওইসমু। লমদম অসিদা হৌগৎলক্লিবা
ছাত্র ছাত্রীশিংনা মহৈশঙ অসিদা রিসার্চ চথবিহনা

অসিগুম্ব খুদোংথিবা লাইনাদগী মীওইববু কনবদা থরায় য়াওবিনবা নিংশিংজরি ।

(ময়াম খুবাক্ ফুবা)

॥ লাইট ওফ ॥

# অরোয়বা তাঙ্কক

## অরোয়বা উৎপা

মকম— প্রকাশকী য়ুম। মতম—সন্ধ্যারাইরম।

[প্রকাশকী লূহোংবগী টি-পার্টি মুমিং। টি-পার্টি য়াওগদবগী মীয়াম তিল্লী। কনা অমনা ফমহনা য়ারী শারি। কনা-অমনা অটনপোং তম্মী। অমা অনিনা ময়ামগী চান থক্লবা নোম্মী। অমা অনিনা চেনথোক চেনশিন তৌরী। ডাঃ তোম্বা, অনম্বনা চিংবা খ্বায় ময়াম লৈ। ঙাঙ্গাসিমক্তদা নিপা অমসু মখুত্তা পোংঅমা পাইহনা চংলকই। ইবোতোনগা গক থেংনৈ।]

নিপা— ( নোংক্ষেং তৌরগা ) আই, এম, সোরি। বাবু, ঐখোয় মেমসাহেববু কদোমদা লৈবীবগে ?

ইবোত্তোন— করিগীনিনা ?

নিপা— ঐস্ু টি পার্টিগী বার্তোন কংহুনা লাকচবনে। করি-গুম অমতং পোপাগুলম্লগা থ্‌না য়াওনা য়োজথ্‌গে লাকচবনে। অহুবু মেমসাহেববু মহামসিগী মরক্তা উবা ফংত্রিবসিবু শাক্তোন লোইবিস্লিবোইরে। অস, ত্তৌরিবসে ঐ য়াম্ন থেংখিবা তারে।

ইবোত্তোন— থোরক্লগনি, চেয়ারসিদা ফম্ভিউ।

নিপা — অস, ঐ য়াম্ন ইথৌ ছিনবা মীনি। থৌ লৈত্তবা মহাম-সিগা ত্তিম্নহুনা ঐসে পুংমাং মাংবা তাখে। ত্তৌরিবসে নত্তে, ঐখোয় বাজীগী মথুক্তা ঐ বাউবাত্তারে।

ইবোত্তোন— ( নোংকেং ত্তৌবগা ) অদোমবু করি থবক ত্তৌবি বগে।

নিপা — থবক হায়ববু ঐখোয় বাজীগী ভাইরী ফার্ম অমা লৈজে, ফার্ম অদো ঐনা চালাইজরি। ঐখোয় বাজীদো য়াম্ন ফিংবা মীওই অমনি। মানা হায়বা মতমহুদা চপচানা থ্‌ংলুদ্রবদি ফার্মগী ম্যানেজারবা হায়ববু ময়ামগী মাংদা চিংথোক্লগা শন-ঈরোই য়েবাদোনা য়েগদৌরী-বনি। নত্তে, ত্তৌরিবসে য়াম্ন থেংখিবতারে, ঐহাক্ য়োজথ্‌গে। মসিমত্তং ঐখোয় মেম সাহেবতা থরা পিবিউ।

ইবোত্তোন— ( নোক্‌পা ) হাঃ ... ... হাঃ .. ... হাঃ ... ... ।

ঙহাক্তা ঙাইবিখো ! মেমসাহেব হৌজিকমক থোরক্লনি

( তাঞ্জাসিদা প্রকাশ চঙলক্‌ই ।)

নিপা — ও ... ঐখোয়গী প্রকাশ সাহেব লাক্লেদনা । প্রকাশ সাহেব, অদোমগা উন্নজবা য়ান্ন মুঙায়জরে । ঐ য়ৌজখ্রগে, মেমসাহেব উন্নবা ঙমজক্রে । য়ারৌমু হাই-বিউ, মসিগী পোৎ সিমতুং মেমসাহেবতা থরা পিবিউ ।

প্রকাশ — মহাক লাক্লনি । ঙহাক্তদি ফম্বিউনা ... ... ।

ইবোতোন— নঙ্ মরূপ, ঐখোয়গী ভাইসে থবক য়ান্ন চিনা মীনি । খজিক্তুং থেংখিবদা মখোয় বাজীনা শুমাংদা চিংখোক্লগা শন—ঈরোই ফুবা শুমনা ফুখিদৌরিবনি ।

নিপা — মানি, অচুম্বনি, ঐখোয় বাবুসে থুনা ভাব তাগল্লি । ঙাংনবদা ওথেক্লা মুঙায়জখে, ঐহাক্ য়ৌজখ্রগে ।

( ইবোতোন ১স্নং প্রকাশ নোক্‌ই । নিপা অচুম্ব শরক্তা কন্না নোকই । )

প্রকাশ — ঙহাক তপথবিখো, ফম্বিউ মহাক থোরক্লগনি ।

নিপা— ( কল্পি কল্পি তৌনা ) ঐ ঙসি ঐখোয় বাজীগী মখুত্তা তোয়বা তাদে । অরেম্বদা লাকচরুৱবনিকো সত্য ! ঐসে করম্ব মওংদা লৈরিবগে হায়বসে মখোয়নদি খঙবিবা নত্তেদো । এঃ...... এঃ... . মেমসাহেব লাক্লেদনা । ( নোংক্ষেৎ তৌরগা ) মেমসাহেব গুড মোর্ণিং, সালাম ।

প্রমিলা— সেইম টু ইউ ।

নিপা— ফ-জৈ দা ।

( ইবোত্তোননা নিপাসিগী ফুরিৎকী কোলার তাপ পাইরগা খুডুমনা শুগে তৌই. প্রকাশনা খামদোক্ই। )

নিপা — আই এম শোরি স্যার। মেমসাহেব, মসিগী মনু দা ( পোৎ অদো উৎলগা ) সিথুগা পোরোই অস্থবগা য়াও-রিবনে। ঐখোয় ইমানা চাজগে হায়রতুনা শুনা থমজ-বদগী মেমসাহেবপু পিজনীংখ্রুনা ঐনা তুমিন্না হুয়াল্লগা পুরকচবনি য়ারৌবিগন্থ।

প্রমিলা — ( নোক্পা ) থেঙ্ক ইউ। য়াম্ন মুণ্ডায়জরে। চা মিষ্টিনচিংবা তৌবিরগা ...... ।

নিপা — মাই, মাই। ঐ মতু হৈনজদে। খেচরীকা ওইর বোইদি পুথম অমা অনিদং লাইবক য়ে'বা য়াবনি। অতুবু ফরে, ঐ য়ৌজখ্রগে।

প্রমিলা — নত্তে, চা চগোম অমত্তংদি .. ... ।

নিপা — হায়রিবা অতুনা পেল্লে। ঐখোয় বাঙ্গী য়াম্ন শাউর ষ্মুনি। ঐ রাউবা তারে।

( চংখিবা )

প্রমিলা — কয়াত্তা ভাউখ্রবা মীনো অসিবু।

( প্রকাশ, প্রমিলা ১নং ইবোত্তোন মীয়াম ত্তিরিবা অতুদা চঙলকই। প্রকাশ ১নং প্রমিলা চেয়ারদা ফম্মি। ইবোত্তোননা মীয়ামদা খওহল্লি। )

ইবোত্তোন — লেডীস্ এণ্ড জেণ্টলমেন। ঙসি মরূপ প্রকাশকী লূহোংবগী টি পার্টি অসিদা খ্বায় ময়ামনা শরুক য়াবি-বগী দমক কোপজ অসিগী মাইকৈদগী ঐনা মুণ্ডায়বা

কোংদোক্ চরি। ৱাকম অমনা ঙসি এখোয়গী মুঙাইরবা মীংকুপ অসিদা ঐগী মুংশিরবা মরূপ মিঃ প্রকাশবু খ্বায় ময়ামগী মফমদা ঈশৈ অমা লন্থোক্লবা হায়জরি। (ময়াম খুবাক ফুই। প্রকাশ ঈকায় মুংশি য়াম্লনা ইবোত্তোন য়োমদা য়েংখোক্ই। ফম্লদগী হৌগংলগা মাইক্রোফোন মনাক্তা চংশিল্লগা ৱা ঙাংই।)

প্রকাশ — লেডীস এণ্ড জেন্টেলমেন। ঐদি থাগৈশেংনা ঈশৈ শক্পা অমা নচ্চদে। ঙসি মরূপ ইবোত্তোননা ঈশৈ শকলু হায়রবসিদা চেনবা ঙমদ্রে। খ্বায় ময়ামনা ঙাক্পিগনি। (ময়াম খুবাক্ রৈবা।)

[ঙাঙ্গাসিদা অরাপ্পদগী বাঁশিগী খোঞ্জেল অমা লাক্ই। লোয়ননা লতাগী খোঞ্জেলনা।]

"প্রকাশ, হন্দক্কী মপোক্ অসিদা নঙগী নীঙবা থ্বংহন ঙমখিদ্রে। ওল্লক্পা মপোক্কী দমক ঐ নঙবু ঙাইহ্না লৈরমগে নং বারোন্নু, ঐ চংলে প্রকাশ ...... ঐ চংলে।"

(খোঞ্জেল অহনা প্রকাশকী মীংলুদগী পি শিন্থরক্লী লোয়ননা প্রকাশ ঈশৈ হৌই।)

কাইখে ঐগী ফজরবা লাইথি
কেনখে থম্মোয় থরান মিচাকগুম।
লেনখীনি অসুম থন্ন থন্ন,
চাক্লে ঐদি লাম্ৰৈগুম।
হায়খিবদায় নংদি ঙাইরমগে ঐবু,

ঙমন্ত্রা কুইনা ঙাইবা ঐবু।
কদায়দা চৎকনি কদায়দা থীরুনি,
খঙদে ঐদি লৈকমদো নংগী।
ঐগী মঙলান্দ লাকউকো ত্তোয়না,
ঙাইরমগে নঙবু লৈকোলদা হন্না।
পাওমেল্ল অমুকস্থ চৎলগে হায়না,
থীরক্কে নঙবু ত্তোয়না ত্তোয়না।

( প্রকাশকী ঈশৈ লোয়বগা মল্লাম ক্লেপ. ত্তৌই।

ডাঃ — লেডীস্ এণ্ড জেন্টলমেন। ঙসি প্রকাশকী ঈশৈনা ঐখোয়দা অপেম্ব অমা পোকহল্লী। কোপল অসি হৎশি চ ন্নুনা লৈমীন্নবগা লোয়ননা পুন্সি ত্তোলোয়না পান্নবা ঈশ্বরগী মফমদা ঐখোয়না .নিজরী। ঐনা হায়জগ-দবদি, ঙসি মুঙায়রবা মতম অসিদা ঐতৈস্থ মুঙাইগদবা হায়নবু ঐগী মরূপ বলদেবকী নাইত্তোম শাৎপী মমোম আনন্দী ···। মিস আনন্দীগী পুন্সি অসে মপুং ফাহনবিনবা পুলিশ ইন্সপেক্টর মিঃ ইবোত্তোনবু ঐনা ··· ···।

। ইবোত্তোন ডাঃবু ঙকচাননা য়েংই মল্লাম ক্লেপ ত্তৌই।

ইবোত্তোন— ডাঃ সাহেব ··· ···!

অনন্ত — ইবুংঙো হায়রিবা বাকমসে কান্নসে। মীগী লাইবক্তা তমখ্রবদা কনানা হিক্তোকপা ঙমগনি অহনা পাবুং ইমাদা হৌনবী ভক্তি অমতংদি ···।

ইবোতোন ইকায় নুংশি য়ামবগা লোয়ননা তপ্প তপ্প চংশিল্লি অহুগা বলদেব অমসুং মোহিনী অনিমক্তা ভক্তি তৌই । )

বলদেব — মঙ্গল ওইয়ু ইবুংঙো ।

( বিরপিবা )

ডাঃ — অহুগা প্রকাশদম্ হৌনবী অমতংদি ।

ইবোতোন— (প্রকাশদা য়েংলগা তপ্প মরূপ ।

(প্রকাশ ইবোতোনগী পাম্বোমদা খুহমনা শুরগা নোংকেং তৌনা । )

প্রকাশ — ইবাই হায়য়ু । ইচল লৌবগ অমুক মরূপ · ?

ইবোতোন— ওঃ শোরখে, ··· ··· ইবাই !!!

[ মখোয় অনি চেজেং কোনশিন্নে । ]

॥ লাইট অফ ॥

★ লোয়রবা ★